অফোংবা—অইবা

সহ পূন্নমক অইবগীনি।

অহানবা ফোংবা

কোপী মশিং ১,০০০

জুন ১৫,১৯৭০

Call No:--

ফংফম—লাজ ষ্টোর (ইম্ফাল) অমসুং পিঃ পিঃ ষ্টোর

(জিরিবাম) গী লাইব্রেরিক যোনবা দুকান।

নম্‌ম—দি সরস্বতী প্রিন্টিং ৱার্কস সেগা রোড, ইম্ফাল।

# পাবিড্রিঙৈদ

মুংশিবা ! ভাইবং থমোয়দা ঈশ্বরগী অচৌকপা মনানি। যুগ কয়া হৌথরে—উহৌবসু ময়াওই, উহৌদবনা কয়ানি। ঈচাউ ঈহৌ কয়াগী মচুংদা মীওইবা পুন্সিগী লথেল অসিদা চৎনবী কয়া ওনখ্রে য়াওন কয়ামুক লাকখ্রে। হায়রীগা ইমান মায়দবা শকখয় অমা পৃথিবীগী লৈমায় অসিদা উররে। মতমনা ওইহল্লিংবা মওংদা ওইরবা জগতনি। মুংশিবগী শকখয় করিগী ওদ্রোই ! অচুগা অশেংবা মুংশিবা হায়বসিমদি জগত অসিগী নত্তে, অতোপ্পা অমগীনি। ঈথৌ কয়ানা চৎনবী কয়াগী চমথৈদা ফাজিন্দুনা থখা চম্মোই ঃ মরমদি—

"অপাম' হকচাংগী ইথোলাংবগা—

অশেংবা মুংশিবা থম্মোইগীগা, শিংনফম ওইবনা সরোজগী

হকচাংনা সংসার থাদোকপনি, অশেংবা মুংশিবা হায়'দুগী।

মনিং ভথা পামজবা, মুংশিবদু ঙসি কংগ্রবনি

য়োম্লিং পোলাং চৎনবীগী, পুনবা চমদে মুংশিবদা।"

অসিনি শৈরেং লীলা চিত্রকারদা শ্রী ধীরেননা উৎনবা লাক্ররিবা। মৈহৌ-রোনগী ওইঅররবসু নৌহুনতা লৈগদবা মুংশিবনি ; ফোংদোকপনবু থোৎ নৌরবদি ইনৌতা নৌরবা হীরমনি। ফোংদোকপদা শৈরেংগী মওং উই। লীলাগী ওইনা য়েংলুরবদি বারী পরিং শাগৎপদা চুনরবসু য়াংলপ তৌবা মভাং য়াওই। নৌনা থোংদারকপা কলমগী মচানদা চাংলেথা লীলা থোকলকপা য়াবগী মওং তশেং তশেং উই। মীওইবনি, পেন্ববা তথা ভাই। অহানবদা থোংথাংবা পেন্দুনা লৈথোক্লবদি লাপ্পা মপা লাক্লিবা লমথুং কমদৌনা ফংগনি। অইবগী অনৌবা থুদোলনি। নহা অহল থাকনা তয়াম তয়াম লৌশিনবিক্রম থোকই।

এলাংবম দীনমনি সিংহ

লেকচরর ডি. এম. কোলেজ

ইম্ফাল।

২২।৬।৭১

# য়াওগদবা মীশক

নুপা—

রমেশ—রাজনিতিগী মীওই, সমাজ সংস্কার।

চিত্রকার—লাইয়েকপা, রমেশকী মনাও।

কাঙ্গাই—রমেশকা ইমুংদ থবক তৌবা অহল।

বীজয়—সরোজগী মপা।

মধু—রমেনগী মপা।

রমেন—উকিল পাশ তৌরবা, ইমুংদ শান্তি পামজবা।

হরি—রমেশকী মতুং ইনবা বামোন মচা।

নিমাই—মধুগী মচানুপা অতোনবা।

নুপী—

সরোজ—থুঙ্গংগী চন্নবী নুপীমচা।

মীরা—রমেশকী মচনুপী, নোংচুপকী ইরাং চুরবী।

শখি—মধুগী লোয়নবী।

---

শান্নবিনিংবশিংনা শান্নদ্রিঙৈদ, অংবদ, হাকাপবম্লগা 'অয়া-চে' অমা পাইবিয়ু।

# চিত্রকার

## অহানবা মতাং

**রমেশকী য়ুম।** **সুমিদাংরাইরম।**

সোরোক্কী নাকচেক্তা উব চেক্কী য়ুমজাওদ্র. য়ুমজাওদ্রগী মনাক্ত ফজনা থংশেল্লবা লৈকোল। য়ুমজাওদ্রগী নাকন্দা নাকচেক্তা ঈনা কুপ্পা নল্লবা য়ুম অমা। চিত্রকার, য়েবপা লোইশিন্দ্রীবা সুপীগী শক্তম অদু মুন্না যেংদুনা লৈবা। নাকন্দা মচু শেল্লবা ময়াম শর. তুলি খর চাইথাইদুনা লৈ। মথক্তা তুলি অমা পাইদুনা মুন্না য়েংব।।

সবোজ—[চংলকপা] চিত্রকার।

চিত্রকার—রাধা! নিংওমদ্রবা থম্মোইনা নিংশিংখিনি তত্তুনা
সুংশি ঈশৈ কয়াদি অকাওবদি লৈতমখৈ।

সরোজ—চিত্রকার!
থাদোক্লোনে কৈদোগে, নংগী ’ঙাওবা চোয়রোলদো।

চিত্রকার—করম্না ঐবু অঙাওবা, তাও! ঈশৈসি তাখোনে

সরোজ—কদাইদা শক্লিবা?

চিত্রকার—থম্মোইনুংদা!

সরোজ—চিত্রকার! নহাক তশেংনা ঙাঙববনি, নুংশি রাখলনা
নংগী হৌগ্রবা রারীনা, নিংবা কায়রবা থম্মোইদা
কৈদৌঙৈ 'মুক চংলকখিনি অনৌবা বসন্ত ঋতু।
চিত্রকার—ওইথোক্লরোই, হন্দক্কী মপোক্কী ওইথোক্লরোই।
সরোজ—করম্না?
চিত্রকার—মরম ফুক্লবা পামেল কয়ানা
তাংজবী অনৌবা উরি, কয়াগী পুন্সিবু য়েংলগা
নিংবা কায়রবা নত্তনা করি উপাই লৈগনি?
হায়য়ু সরোজ, লৈরবদি উপাই অত্তু?
'মুক্ত ঐবু খংহল্লু, খংহল্লুনে সরোজ।
সরোজ- উপাই হায়য়ু থাদোকপা, নুংশিবা থাদোকপা নত্তনা
রাখলগী লায়নাগী লায়েংনবা, লৈতে উপাই।
চিত্রকার- থম্মোইদা য়েকথ্রবা রাফমসে কাউথোকনি করম্না?
নুংশিবা করিনো হায়বা, খংদবনিনা নহাক্না;
নুংশিবা! নুংশিবা! থম্মোইতগীনি, মপাম্থোংগী নক্তেনে।
সরোজ- ইংথমথা চংলগা কংলকই, নোংজু থাগী ঈচেলফাও
কংলকখিনি, মুৎলকখিনি নোংমেদি নংগী থম্মোইদে।
চিত্রকার—শক্লক্লে মাগী ঈশে, তাও—
মুম্না তাও, নুংশিবগী ঈশৈনি—

ঈশৈ [ফিজং মরুমদৈ]

হো নুংশিবা, থম্মোইগী চান্নবা কৌজরি তরাম্না
নুংশি ঈপাক লানবদা, ওইবিয়ু পুন্সিগী রাকয়েহি।
মপোক লাংওন কয়াগী নুংশি রারী ওইনবা

থম্মোই থম্মোই চান্নরা ভাইবং মাংদ লেন্নসি।
কায়রবা ঐই থম্মোইনা কৌজরি থুংলাম ভেযনা
নুংশি পাউমেন্নখিসি চেক্লা পূক্লিং শুন্দ্রিরৈ;
বসন্ত ঋতু চংলক্রে নুংশি ঈশৈ শক্লসি
লাকও লাওনে নুংশিবা কায়র থম্মোই থেম্লমথো (লাও) ॥
নুংশি শেংনরম্নু ভাইজরমগে পাখংবু
থৈবংরনি তোব্দানগী নৈনৈোই শেক্ল মরক্তা;
নুংশি কায়ন মেশা লাং পাথং নানা লাক্লিফাও
ইদোম লানবা ভম্মোইনে পাঙ্গলশোনবী নুজ্ঞানি ॥

সরোজ— ঈশৈ অসিমক্করা, নংবু নিংবা কায়হল্লিবা?

চিত্রকার—ওইবা তাই, ঈশৈসি তারগা নুংশুল্লানে।
লৈরমখিগনি ঐগী রাধা, ভাইরমখিগনি ঐহাক ।
চংলক্লগা বসন্ত, করম্না লৈগনি ইতোমতা?
কৈদৌরুনি চাকলুহনা মডাল য়াওদ্রবা মৈবিনা
রাধা! —[ শ্বর মপী ফুইনা হোনবা ]
হা-হা-হা [ মুকস্নু নোকথোকপা ]
চৎলগনি, ঐ হুজিক চৎলগনি। [ চৎকে তৌবা ]

সরোজ— কদায়দা? —[ মখুৎ পাইহনা খাম্বা ]

চিত্রকার—মাগী মনাক্ত, রাধাগী। [ নোকফেৎ তৌবা ]
নিংশিংলক্লে; হৌখ্রবা মতমদো নিংশিংলক্লে
ফংঙরোই, 'মুক হন্না ফংলরোই --।
থাবল ফরবা, লুরবা অহিংপী -
মেংলবা মডান্দা, শকমিল্লখি নুংশি ঈশৈ কয়া

মা-ঐ 'মত্তা ওইনা, থম্মোই চুবা স্থুরদা
চুবু মহাক্কী ঙসি -.

[ মমিত্তা ঈরা চেন্দুনা, মুন্না য়েংই অহাংবনা ]

সরোজ—খাদোক্লো কান্নত্রে, মুংশি চোযরোল লোল্লগনু।
হেলোই ওক্নবগুন, 'ঙাওবা ঙাংলিবদো ঙাংলগন্নু।

চিত্রকার—নত্তে সরোজ, অচুম্বনি, চোয়রোল নত্তে।
ককঙাওনবা থম্মোই খাংঙমদবা, মুংশি ঈপাউ ঙাক্লনি।

সবোজ -নত্তে, মুংশি মপাউ, চোয়রোলনি নংগী থম্মোইগী।

চিত্রকার - করন্না— ? করিস্থ খংদবা ন না —
খংলকনি নংনু মুংশিরবদি, মুংশি মৈচাক হায়বদো।

সরোজ—খংলকনি হায়বা, মুংশিরবদি মুংশি মৈচাক।

চিত্রকার—অচুম্বনি, য়েংউ সরোজ! [ নোংথক্লা খুদোম্বী থিন্দুনা ]
মুংওলদ্রা পূক্লিংদ, অপাইবা লৈচিনবু উবদা
হায়নিংলোইদ্রা মাঙোন্দ, লৈরম্নবদি ঐই নাক্ত
ওইনরোইদ্রা ঐঙোন্দ, ইকাইনা, খোঙবী' তক্লনা লৈবাক্ত
হাযয়ু সরোজ, মসি পূন্নমক ঐই ইরাল্লা ?
নত্রগা হায়য়ু, মুংশিজরুবা ঐতই ইরাল্লা ?
নত্তে, মসি পূম্নমক ইরাল নত্তে ঐতই।

সরোজ—'মুন্মক শাগৎলি ঙসিনু রাখলগী শক্তম কয়া
কয়ারক হন্না নিংখাইরবস্থ, নিংহন্নবা লৈতনা
ফুগাইনা শাৎলম্বী শিঙেন্দো লৈখোক লোইতুনা কেনথ্রবদা
নিংঙমদবা মপাউ শৈদম্নকপা খোইমু খোঞ্জেল তাত্নস্থ
হান্নগুম ফুগাইনা শাৎলকপদি শিঙেল কৈদই ওইগনি ?

মপোক অমা লাল্লগা, শাৎকদবা নত্তনা ওইথোক্লোই।
খাংওমদবৈ শকচবত্তনি, কায়নবৈ ঈশৈদি নংনা।

চিত্রকার —তাও ঈশৈসি তাও!
করিগী মানদি শক্লিবা মুংশি ঈশৈ কল্লাবু।
[ কিজং মকমদৈ হাল্লগী ঈশৈ ]

সরোজ ঈশৈ নত্তে।

চিত্রকার -নত্রবদি করি — ?

সরোজ -চমম্নবা রাখলনা শাগৎলুবা, শেংকাত্তবা মুংশি শক্তুন্না
চত্তনা নিংথাইরকপদৈ থোরকপা নিংওমদবৈ মপাউখোলনি।
ঈশৈ নত্তে, শাগৎলুবা শক্তমচুগী নিংথাইরকপা মখোলনি।

চিত্রকার—নত্তে, মচু নত্তে। মচু থাজবা ওগ্লোই ঐ।
[ রাধাগী খোজেন্দ কিজং মকমদৈ ]
'চিকপদা ইদোম থনল্লগা, নিঙাইদনা হনখ্রবোই
নত্তে! লাকখো লাও! থোরি বান্দোং হায়মিল্লখিসি।
মুপা ওইবা মুংশিইতে, তাবিদে হায়জবমু থখোইনা।
বসন্ত ঋতু চংলক্লে 'নৌবা য়েঙিং হল্লক্লে।
চিল্লোক্লরসি চেক্লাওম, চিন্দিনরসি পোম্বীওম;
অপাম-মুংশি পাউদম্ন, মুংশি ঈশৈ শক্লসি।
কৌরি নংবু তরাম্না, মুংশি নিংয়েংনা ঐ
লাও! তপ্না লাকউ! ঙাইরমখিগে ঐ।

চিত্রকার [ মাংলোমদা কনাগুম্বনা কৌবগুম তপ্না তপ্না চৎলি, রাধা
মাগী রাখলদগী মাংখিরম্মী ]
রাধা! রাধা॥ [ মুংসাখর মপী ফুইনা তোল্লহুনা ]

রাধা, রারৌন্নুকো ঐবু. নিঙাইদবৈ নিংঙমদবা
নুংশিবগী থাংঙমদবা, চিংনবদৈ নুংনাল্লুবা
ময়াম 'সিনা ঐবু, চাকথেকথ্রবনু তুম্না।
মমিত্তা ঈরা চেল্লতুনা, কপ্পদৈ নোকথোরক্কুনা।
ইখুৎমক্কা থেৎপিখি, নুংশি খুদোল শমজ্জিরৈ শমজিন
ইকাইনা লৈথোকখি, নুংশিনরকপৈ ইকাইনবকপা ঃ প্রাদ
য়েংতুনা লৈরমখি চেপ্প-চেপ্প, লাক্কদবা ঐগী মাইকৈদ
মতু পুন্নমক হৌখ্রে, তাইবং 'সে মঙলানঙল্লে
রাধা! শোয়দনা লাক্লগনি ঐস্থ মতুং ইন্দুনা।

[ নোকফেৎ তৌতুনা চৎকে তৌবা।

সরোজ— চিত্রকার!

চিত্রকার—সরোজ! য়াররোই, নখোয়না হায়বা 'মত্তা য়াবররোই;
ঐদি ওইথ্রবনি রাধাগী, রাধাগী ওইথ্রবনি ঐ!

সরোজ—থাদোক্লো ওইরোইদবা রাখলশিংদো থাদোক্লো
[ তুলি পিরতুনা ] সে পাইখৎলু, নংগী তুলিসে
য়েক্লো, ফজরবা রাখলগী শক্তমশিংসে।

চিত্রকার—য়েক্লরোই, কৈদৌঙৈদন্ত য়েক্লরোই ঐ
চংলক্লবনিনা বসন্ত, ঙাইরম্লগনি রাধানা ঐবুস্থ।
থম্লরোই থম্মোইসে কাজিন্দূনা, চৎলসি রাধাগী মনাক্ত;
শকমিন্নরুগে নুংশি ঈশৈ থম্মোইগী স্থরদা পান্দুনা।

[ চৎকে তৌবা ]

রমেশ—[ চংলকপা ] চিত্রকার! কদাইদনো চৎকদৌরিবা?

চিত্রকার—রাধাগী মনাক্ত, ঐগী রাধাগী, ঐগী!

রমেশ—করি হায়বা? রাধাগী মনাক্ত।

সরোজ—তামো, মাদি ঙসা দৈ

হায়দুনা লৈরিবনি মহুত, রাধা! ঐগী রাধা।

চোয়রোলগুম—অঙাওবা তেলোইনা পুবগুম

রমেশ—সরোজ! নহাকসু লৈরম্লীব্রা?

সরোজ—অং! তামো—চিত্রকারনদি ইতৎ-তত্তুনা

রাধা! ঐগী রাধা! হায়না লাওদুনসু লৈবদ্রদা;

পাক্তিনা 'মুক্ত য়েংলুচো, হায়দুনা ঐসু লৈরম্লীবনি।

রমেশ—খংদ্রে ঐসু, খনফম থোক্তে রাখলসে

ভমদ্রে ফবা ডাক্তব কথা তানদুনসু

রাখলগী লায়নানি, অরাইবা থবক নত্তে

নুংদ ঈশিং চাইবগুম, পৈশাদ তিংদুনা তোক্লবনি।

চিত্রকার—নাং, নশানা ঙৌজরবা ফিদ 'মুক

কাম্নবা লৈতে, ফিগুহিদাক থাকবগী 'মুক

লায়েংবা ফৈ, অঙাওবা মীদ ঙাওদনবা;

লায়েংবা কান্নদে ঙাওদবা মীদ ঙাওননবা'

ভমদে কনাগুম নুঙাইথোকপা, মপুন্সিদ ঙাওদ্রবা;

অঙাওবা ঙাক্তনি মী পুম্নক, যু থক্লি ঙাওননবা

খেন্নবা হায়বনু—মঙাওদুতনি।

রমেশ—চোয়রোল লোনবা পামজবা, অঙাওবগুম

ককঙাওনবা থম্মোইনা পামজবা, নুংশিনবগুম

হায়ফম খংদনা নুঙাইজবা, রাখলগুম

রাখন্দ খন্দুনা লৈরবদি, নথৌ পাংগনি করম্না?

মহুনি লায়না হায়ববু।

চিত্রকার—লায়না নত্তে মহুদি, অনিংবনি থংোইগী:
থৌইনশিন্নি ইথৌগী য়াইফনবা সমাজগী।

রমেশ—কেনথ্রবা লৈরাং 'মইদমক, তত্তনা নিংঙমদ' পোক্তুনা
হৌথ্রবা রারী 'মইদমক, তত্তনা নিংবা কায়তুনা
কায়থ্রবা শক্তম 'মইদমক, তত্তনা থংে'ই মুংনাংতুনা
'য়ুক্কী মলয়া মুংশিংকৌদমক, মুমিদাংরাইবমদ কপ্তুনা;
হল্লক্করোই, হৌথ্রবদি হৌথ্রে, মুংনাংনুরম্ন মহইদমক।
চাকাগী ফিবানগুম অওনবা মতমগী ঈচেল সিদা
হান্নগী হিদেন তাকমদো মল্লবনি হুন্দোক্লম্লো
'নৌবা পন্থুং য়ৌনবা,' তোল্লো নংগী রাকইহি।

চিত্রকার—দেশ সেবাদ দাদানা, মিরাংদ থুবা তিনগুম
চনপ্নীনা নপশিল্লবা অঙৌবা তেরা মফোলগুম;
চুহিগা লশিংগা তোৎনবা, পুন্সি হুগী মহুত্তা
মন্দিরদ চংতুনা শকলুগে অয়ুক্কী লাইশোন ঈশৈ।

রমেশ—ইখুং পাল্লি শুননবা, ইচিন পাল্লি ঙাংননবা;
তোৎনবা কন্নু ককচেংগুম, পংচোং চোংগন্নু কৌজেংগুম
নোংজু পান্থ লাক্লগা চানিঙাই লৈবোই কপকনি।
ইংথম থাদি মফেদো পুথোক পুশিন লৈবনিনা
হিংবগী অর্থ য়াওহন্দবা, পুন্সি হুদি কান্নদে।

চিত্রকার রাহো' মতু ৎেচিনবা, অমুবা কাকপু কৈদৌঙৈ
রাহোংনি হায়বা য়াঙথ্রবগে, রাহোংনা রাহোংগী মচৎ
কাক্লা কাক্কী মচৎ, খেম্নগনি, লোৎপা রাল্লোই;

চিত্রকার—হেক্তা খেন্নগনি, মতুদ খংগনি মীওইবা।
মপাম্বোংগী ফিজেৎনা শকফম লেপ্তে মীওইবৈ
থম্মোইদদি শেংদনা দেশ সেবানি হায়দুনা
প্রজাদ নমথাক তৌবিন্নু অশেংবা মচা ওইবিয়ু,
অশেংবা ইমা লাইরবীগী অচুম্বা লমচৎ চৎপিয়ু।
ঐগী মীগী নাইবিন্নু, ইশাই ওইজ' থাদোকপিয়ু।

রমেশ - লমহাংদ নংনা লাওরিবা পাউতাক অদু কান্নরোই।
মদুগী মহুত্তা চীনুংগী খোম্থাং য়েবা মফমদা
লাওরগা থোক্লকনি 'শেংবা অতুম্বা নোংশা য়াকাইনবা

চিত্রকার—[ অহাংবদা মুন্না যেংলগা ] খোঞ্জেল অসি রাধাগীনি।
অনৌবা বসন্ত ঋতুগী 'নৌবা উনাশিংগী মরক্তা
কেকু লোৎপী শান্নসি, হায়ন কৌরি ঐহাকপু।
লাক্লে রাধা! ঐ লাক্লে ঙাইরমখো।
চোকথরবশু চোকথনা, নুমিদাংরাইগী নিংথিজরবা
ঙাড্রানবা মুমিংকী মশেক্লা, য়েরবা চীংয়াগী লৈকোন্দ
নুংশি ঈশৈ শক্নুনা ঙাইরমখিনি ঐগী রাধা।

[ চৎকে তৌবা ]

সরোজ—দাদা, মহাক চৎখিগদৌরে।

রমেশ—চৎপ্রসন্নু মহাক, খাম্বা য়াররোই অঙাওবনি
মাগী রাখন্দা থিংলুরনু 'মুক অপনবা পিদুনা
মনিং তম্না চৎপ্রসন্নু অহাংবা রাখল লমদমদা।

চিত্রকার—রাধা, ঐগী রাধা !! [ চৎখিবা ]

সরোজ— চিত্রকার ! তুংইল্লক্লগনি ঐসু—[ তুংইনংগে তৌবা ]

রমেশ—সরোজ, কদাইদনো চৎকদৌরিবা ?

সরোজ—মহাক্তী মতোমত করম্না ? —[ নিংঙমদনা য়েংবা ]

রমেশ—ওইজসমু, লমহুইগুম্নদি চংখিরোই অঙাওবা
হল্লকখিনি 'মুক, শঞ্জেন্নহাগী বাঁশি তারগা
শনগানরকপা মত্তমদা মফম খংনা ময়ুমদা।
লৈরি মাগী তুলি, লোইশিন্দ্রীবা 'য়েকপা শক্তম।

সরোজ—'হু ওইরবসু, মতোমত করম্না ? —চিত্রকার ! —[তান্নখিবা]

রমেশ—ওস্থোকপনি ! 'মখক্ত লৈজবা ইনাওসুপা সিরসু
মনিং তম্বা ঙমজদ্রে মুংশি য়োহ্লিং থাংখিবনা।
ঙাওহুনা লৈরে হুজিক্না মচু ত্তিনশিনবৈ ফজবদা
হরিবোল লাওরে য়ুমদনা মচোর তারে ঙাওনবদা।

হরি—[ চংলকপা ] করিনোনে মরুপ ! কনা লৈত মফমসিদ
মুরুম মুরুম শোল্লিবদো, হায়খিরোইদ্রা অঙাওবনি।

রমেশ—হায়বদা নত্তে, ওইরক্কদবনি ঐহাক্তী, কনানবু—
লিলা শান্নফম ওইববনি, ঐই য়ুমসে অঙকপা
লেংশিনবিয়ু চিন্নারোমদা —।

হরি—য়ানি য়ানি,—হেক্ত হোংনজগে ঐ।

[ চৌকি চিংথোক্লগা ফম্বা ]

রমেশ—অচুম্বনি মরুপ !
রাখলনা মতোয়না খল্লবদি, চোয়রোল লোঞ্জরকই মতোমত
ঈপাক তম্নকপদ চীংমুংদৈ ঈখোল থোকপগুম মত্তোমত
হৈতবা ঐসে ঙাংলক্লে ঙাংনবা পোং খিল্লবনিনা।
য়েংবিয়ুদো [ খুদোম্বী থিন্দুনা ] অয়েকপা লাইসে ইনাওসুপাই।

হরি—পূক্লিং হুন ফজৈদ, নিংথিনবু য়েকগ্রবাল্লে
মসিনি আর্টকী ফজবা ; থম্মোই হুবা ওম্নসে।
'হুবু লোইশিল্লি শক্তমদি মকোক মখৈ রাৎলিদো।

রমেশ—হরি বাবু খংবিগনি, লৈমিন্নগা মখোয়সে
অঙাং নিঙাই ফত্তবগা চপ মানা চক্লিনি।
মখোয়না নিংঙিহু' লোইরে, হায়ন তান য়াদ্রবনি।
অপুনবনা পুবা হায়হুনি, মীতৈ রাহৈদ হায়রগা
কালাগী থবক্ত লুপচবা আর্টিষ্ট কাংবু সিমা
থমগদবনি তোখায়না মখোযশিম : চরাংনবা য়াওহন্দখৈ
আর্টিতা ঙাওবা কাংবুখৈ ঙাওহনগদবনি ঙাওরো হায়হুনা
লৈমিন্ননিংদ্রে খিজরে, পামজদ্রেনে মখোয়সে।

হরি—হায়ন তান করিনত্তা, য়াদ' জংলা মখোয়সিবো!

রমেশ—য়াদে-য়াদে, করিমত্তা রাদে।
ঙাংন-শানদি হায়রুনু, কৌরুফাও' শাওরক্তদবনি।
শৈরেং ইবা, লাই য়েকপা, ঈশৈ শকপা ;
আর্টপু পামজবা কাংবুখৈ, আ-চীংখোং চীংয়াদ।
শান্নপোৎ পামজবা কাংবুনা শান্নরিখৈ কপ্তুবগুম
মখোয়সু মখোয় পামজবা পিরদি 'হুম লৈখিনি।

হরি—ও! হুম তৌবা রা ওইরে। অঙকপনিদ!
কদোমদা চৎগ্রবা হুজিক্লা 'মুক্ত উদে মশক্কো।

রমেশ—থোকগ্রবনি চোয়রোল লোন্দুনা, কদাইদনো খংদখৈ
ওদনা হিংবা য়াদ্রবা, মতম সিদ ঙাওরিনে।
খন্দুনা লৈ মত্তোমত, য়েংদে সমাজগী করিমত্তা

ফন লুরি মখোয়সে থনবদা ঐদি মম্বীরি।

হরি—থংদে ঙসিগী সমাজসে লাইরবনা করম হিংগদবা ?
ইনাকথুনবা লমছুই কাংবুনা লাইরবা য়েনবী য়েংশিবা,
করম্বা মতমদা 'মুক্তং চায়না মবুকসে থনগবা ?
লাইরবৈ ঈথেং চুপ্তুনা নোক্কদবৈ ঙাইরিয়ে
সমাজগী য়েক্লবা কাংবুন'। অরেং-'রেং পুথবা ;
নোম্মীমথে মরুম পুবা, কোঞ্জেং কোকফাইগুম লাইরবশিংসে
পেন্দবৈ রাকৎপা নত্তনা, মরিংজেল লোয়না কমখ্রে।

রমেশ—'হুবু হরিবাবু—মতমদি মহু—
চীংলাইনা ফন কন্দুনস্থ চীং নাচল লৈরিদনা ;
করিগী লমদি হেল্লুনি পংহায় হায়জনবা মাগত্রা ?

হরি—'হুবু ঙসি ফাওবদি—
হঙোইনা ময়া কাথোক্লিঙেদ, তিল-কাংনা চোংশিন্দুনা
মতোমত শিজবগুম, লাইর' কাংবু মথৈসি
শেনয়াম পাইবগী শক্তিদ চরি তৎপা কাংবুথৈ
খাংউথক্ক কেমহল্লি, মীবু মী ওইহল্লে।

রমেশ—তিনস্ত্রোক 'শিবনা থেম্লিবনি অচংবা ঙমু কাংবুসে
ফাগদবনি, নোংমদি ঈরোনস্নুংদৈ শোয়দনা
ময়াদ খোয় থুহুনা খপ-খপ চিংহুনা হাৎকদবনি।
'হুগা চামিন্নগদবনি পূম্নমক য়েম্লহুনা মচেৎ-মচেৎ।

হরি—চুম্মী, রমেশ বাবু অহানবা রাথলদি মীওইবৈ
হিম্বসিনি, 'হুগী তুংদ মুংঙাইবা থিবা—
থাও য়াওদ্রবদি মরুপ চলাইবা য়ারোই ঈঙ্জিনস্থু

চিঙ্গাক য়াওদ্রবদি কনাম্ন, হিংবা য়ারোই ঐখোয়স্সু।
রমেশ—করিগীদমক্ত হিংলিবনো? হায়বসি খজিক্কং খম্মরদি
ঐখোয় পূম্নমক মুংশিনগদবনি, লৈমিন্নগদবনি চান্নমা।
শিনি কাউবা অপংবা, কাংবুসিগী কারাম চাউবা
হুরানবা কাংবু কধানা, লৈখা তাগল্লি সমাজসে।
হরি অতৈ লাইরি ঐখোযবু; হিংবা অখিদ্রা মণিপুর?
রমেশ - লুশিল্লক্রবনি মতমসে, খন্দুনা 'মুক্ত য়েংবিযু
শিৎচল্লক্লিবা মুংশিং, মীরৈবাকী চৎনবী পুশিল্লকপা।
জুক্তি চানদনা, চরা হেনবগী খোঙ্গেল মরক্ত
কার তোংবগী মখোল, চাক্লিবগী ময়াদ মীনাইবু
খোঙউপ লেকহনবা, পৎলে, পুম্লে, য়াদ্রে মণিপুর।
ঙসিগী মীতৈ সমাজ, মনিং হল্লবনি রাইখুণ্ডম;
সভাতাগী চাংদোন্দে নাম্মরক্রুনা, লৈরবনি লোকনুংদ
শাগী তিখং মরক্ত শিরুম নারুম হিংলিবনি।
হিদাক থাবা চিংনরবনি, লায়েংবদা রারনি।
শিখিগদ্র-হি খিগদ্র খন্দ্রবা, মীতৈ লৈবাক্লি।
হরি—চুম্মি মরুপ! চিংনবগী চিংনবা ঙাক্তনি
অশোনবী ইমাদ হায়দুনা, লৈশি পাখং ফারফাও
মুপী ফিজেৎ হোংগনবী, মিৎচি খংকনবী খরগী
কৃষ্ণ শাবদা পাখখৈ থবক শুও য়াখিদ্রে।
ময়ুমদ হরিবোল লাওরগা সোরোক্ত' মুংশিবা থিরিবা।
রমেশ—'হুনিনে, অঙকপনিনে মীতৈ লৈবাক
নোক্লবিরি ঐখোয়বুম্নু, মতিক মপা চাদনা

রমেশ—লৈবাক্কী খন্দুনা কান্নদবদা, অরেম্বদা থৌ থিরিবনি।
মসিনি মীতৈ নহারোলগী রাখল য়াওদবা চোয়রোল।
হরি—[ নোক্লহুনা ] অচুম্বনি মরুপ! হায়রিবনি 'হুমক ঐখোয়বু।
রমেশ—'হুদস্থু নত্তে, মখোয়না হায়রিনে—
নহা ওইরিঙৈদ, নহাগী থবক ভৌগনি।
য়াম্না থন্না লৈরে, মীতৈ পাখং থৌনাইদবা
লৈশাবীগী থোঙ্গান্দ লেপ্তুনা, থম্মোই মলহনবা
মুংশিনবদি মাল্লি, অয়োবী থাক্কী নত্রনে?
হরি—মাল্লি-মাল্লি হেক্ত শিবা ওন্নগদবা, অমৈদনক 'মনা
হায়নৈ - নহাক য়াওদ্রবা পুন্সিদি অরেম্বনি।
রমেশ—'হুবু হরিবাবু শিমিন্নদ্রে, লুহোংলে, বাজাই-বেঙ্গুল, শামু-দোলাই
জীপ-কার, ইজ্জৎ মাংদনবা, কায়থোক্লে লৈজবা সম্পতী;
চৎনবী'—চক্ষু কাইরগা য়োংনা হরাওই;
লৈকাই ময়াম চংহুনা, থাগত্তুনা মাংহল্লে।
ওল্লকপা চহিদ অঙাং 'মা, খর লৈরগা নোংজুথা
অতা য়োনফমগী কিউদা হুমাং শৌব'খৈ ইন্নরিবা
নোক্লিংদ্রা? মহুনি—মীতৈ লৈবাক্কী সমাজগী দৃশ্য
মহুনি মুংঙাইবা. মহুনি হরাওবা, মহুনি চাউখৎপা।
হরি—অচুম্বস্থু অচুম্বনি।
রমেশ—মতমহু য়োরক্লবদি হরিবাবু
মুংশিনবা মাংখ্রে, মুংশিনবনা য়েক্লবা ওইরক্লে।
লৈরক খুল্লকসে থল্লনি চাক্লিবা অঙাংগী মশিংনা
লৌশিনবদা ওম্মী, পেম্বোকপা ওম্মী, মঙলৈবাক্ত তাওহুনা।

কাহ্নাই—[ হেক্লাং-নাপী হাপ্পা খাও 'মা য়ান্দুনা চংলকপা ]
তাংমনখিবনা, চাগদববু ইকাইরে
লুকমাইদ থারিবা মথাশিংসে, প্রয়োসন্ন ফংলে।
'খোয়না অঙাং ওইরিবৌদ মথাদ শৈশা মরি
'হুদগী শিকি, চাক্তাংবা 'মুক্ত মথাই;
হুজিক্না লুপা, খংন খংন 'হুম য়াত্রবা।
ফৌ মমল হন্দোক্লবসু, লেপখিবা মমলদি তাথরক্তে।
ঙা চাবা ওয়োইদৌরি ধর্ম্ম হোংদোকপা তারিয়ে
ঙা চাদবা ধর্ম্মদা. তাংমল্লি হায়তুনা ইবুঙো
মনা মশিং খরসি লৈতুনা হেক্ত লাক্লিবসিনি
'হুাদ 'মুক্ত থমজিল্লুখিগে। [ ইমুংদ চংখিবা ]

রমেশ— গণতন্ত্র, খুংলাই অমনি—করিগুম্বা মীতুনা
অরাংবা রাখল খনবা অমন্থং সমাজবু কান্নহন্নবা;
থবক ওইনা পাংথোকপদা—অথিংবা লৈতনা
মনিং তমজবা য়াবা, নুঙাইগ্রবা জাৎনি।

হরি— অচুম্বমু 'চুম্বনি, লৈরবদি গণতন্ত্র চৎপা লৈবাক্ত
চুশিনহনগদবনি, গণতন্ত্র করিনো হায়বা চপ-চানা।

রমেশ—'হুবু মং তৈ সমাজদি ওসিফাও—খল্লিবতু পাংথোক্তবা
মীমাইগী রাখলত খনবনরা, 'স্থক তুকথনা হিংলিবা?
খংদ্রেনে চাউখৎপা পামদ্রব্রা? ভাব তারগা চাউখৎপা
ভাব তাদ্রগা মাংজবা। মীতৈ লৈবাক 'সিদদি
গণতন্ত্র চৎপা হায়বসি হুইবু দলাই তোংহনবৈ

রমেশ—ফিভমদা হেকমক লৈরিয়ে, চোংথগদবগী লাক্লরি।
চা থকখিসিরা মরুপ! তাকাহ্নাই! তাকাহ্নাই!!
কাহ্নাই—[চেম্বোরকপা] করি তাকপিগদবা?
হরি—য়ারনি য়ারনি, থক্লকপদা ঙাইজরি ঐ।
রমেশ—অহুদি লেংথোক্লসি মরুপ!
মীরাস্থ ঙসিদি থুংলবা য়াই, 'হুগনে চিত্রকারদো;
লাক্লবদি চথোকথ্রনু হায়মুকো। চৎলবনি ঐ।
[হরি অমস্থং রমেশ থোকখিবা]
কাহ্নাই—[টেবলদা চাইরিবা পোৎ-চৈ লোইশিন্দুনা লৈবা
মোন্দা মুঙাইনা ঈশৈ ঙংহুনা লৈবা]
মীরা—[মখুত্তা ইয়ারবেগ অমা পাইহুনা চংলকপা]
তাকাহ্নাই!
কাহ্নাই—[ঈশৈহু হান্নদগী মুঙাইনা শকংঙক্লি।]
মীরা—তাকাহ্নাই! তাকাহ্নাই!! নংবুনিনে কৌরিবসে।
কাহ্নাই—থরাইরাকপীদোনা লুতোন্দ, লাঙরিবসে কনানো?
কদাইদৈনো ঈবেম্মা! খোঙ্গ্রাও শেৎপী লৈশাবী?
শামু নত্ত, ঙামু নত্ত, শামরক ঙামরক হায়হুরা?
মীরা—তাকাহ্নাই. মশক খংদ্রা ঐ! মিত্তা উশিত্তা তৌরিব্রা?
কাহ্নাই—ঙকচরেদা তৌঙম্বী, নকোক্তি ভিভুলা চুরদনা
শমম্থ খাংঙৈ থক্ত অঙাঙবী হেক মাল্লদনা।
লম্বেল নত্তে য়ুমনিনে, ফাওবা য়ারোইয়ে থংলব্রা?
কদাই য়ৌগদনো ঈবেম্মা চংলো চংলো মুংশিদে
য়েংনিংদে নশক্তো, লরুরুচো নস্তুং নমান্নবদা কো!

মীরা—[শাওনা] মশক খ ত্রা ঐ!

কাহ্নাই—খ ইনে, মশম ককপী হুপীনিনে।

মীরা—তাকাহ্নাই !!

কাহ্নাই—য়্বৈরকনিকো, রা হেঙ্গিল্লকনু। [ফুগে তৌবা]
        করি থবক্কী লাকপনো, কনা উনগে হায়বনো?

মীরা—ইয়ুমনিনে-সে।

কাহ্নাই—ওম্বীরেদঃ [মরৈ তি থোকপা, মমিৎ ফাক্তোকপা]

মীরা—থদৎলবদি নরৈদে', রা ঙাংবা ঙম্মোইদো।

কাহ্নাই—লাই হিংচাবীসিদি, শক্তামক্না লাইখুংশাংবী মাল্লদনা

মীরা—[অনোক হৌথোক্লগা] মীরানি খংদ্রব্রা ঐ।

কাহ্নাই—নং ওইরে সনাইবেথ', শাওবা য়াদে, রারৌন্ন!
        খংজরুদ্রে ঐ। খোঙউপও! খোঙ্গাও!

মীরা—মসিনি অসোমগী চৎনবী, ঐনস্ন পামজবা।

কাহ্নাই—ফিজেৎ শাজৎ পুজৎ খংলুদ্রেহে নশক্তো
        চৎখিবগা হল্লকপগা খেন্ননা উবত্নদ ঙক্রুরে।
        চৎনবীগী রাংমদা চৎলিবী খেন্নবা শাজত্তু করিগুম্বা;
        নং দাদানা উখ্রবদি রায়োং চানি থাজদে।

মীরা—শাওফম লৈতে করিস্ন খুমুংগী চৎনবী চত্তুনা
        চাউখৎলবা যুগ 'সিদা লৈখিগত্রা ঐখোয়বু?
        হিংখিগত্রা 'সুম্মক খুমুং অরিবদা হায়ত্নুনা।

কাহ্নাই—গুরে ঐখোয় ইমুংসে রাংপা 'মত্তা লৈত্রে।
        ঙাওরি মুংশিবা থিবদা নং তামোচা চিত্রকার
        নং তামো 'চৌবনা খাদি মতৎ 'মগা

কাহ্নাই—লৈখাক্কী সেবা অন্দোলোন প্রজাগী দাবী দিণ্ডাবাদ
মখুনিং ইকায় কায়দুনা, ফেনাৎ'তৎপ'মগা চৎলিদো।
নংনা ঙসি পুশিল্লক্লি, মতৌ তমদুনা নোংচুপলোমগী
চাউখৎপৈ চৎনবী, ফিজেৎ চাকচা রাখলদা;
পুমহোং হোৎবা মীতৈগী চৎনবীগী মাইয়োক্ত।
ময়াম'সি উরগা নোক্লুম নোক্লিংগ ঐহাক্তী। [নোকপা]
মীরা—চাউখৎপা পামদবা মী, কনা লৈবগে সমাজদ?
চাউখৎপা মীগী মতৌদি তমগদবনি ঐখোয়না।
কাহ্নাই—মতৌ তম্বা চেকশিঞ্জৌ, রায়োং চারোই হৈত্রদি
রাহোং মতু থেৎচিনবা ক্বাক তাদুনা তোকচনি।
কোকিল মচু মাল্লি হায়দুনা ক্বাকপু কনানা
কোকিলনি হায়বা য়াওথ্রগে? খোংলক্ল' খংনি পুম্নমক।
মীরা—[অয়েকপা লাই উবদা] কনানা য়েক্লিবনো লাইসিদি?
কাহ্নাই—হায়রিবদুনিনে ঐহাক্লা, নংগী তামো চিত্রকার,
ঙাংরিবনি মহাক্তী ফংলোইদবা দ্যংশিবা থিবদা।
মীরা—তৌথ্রবা, শিথ্রবা 'দুই তমক কান্নদবদ খন্দুনা
রাখলনা লায়না ওইদুনা ঙাংরিনিয়ে তামোচাদি।
ইকাও কাওইনে ঐ, স্তুট কেশতো 'মুক্ত
লৌবিরুচো তাকাহ্নাই থনম্বনি ঐহাক্লা -
ঐখোয় মাম্মগী তুকান্দ, থারক্কে হায়দুনা তাকাহ্নাই
কাহ্নাই—নুমিদাং চরা 'সিদি নংন খোংগে হায়ব্রা?
চৎলো 'দু য়ারগা; নত্রগদি তোক্লনি।
মীরা—য়াত্রবনিনা কমদৌনি ঐনা খোংবা হায়দুনি।

মীরা—খোঙলৈ খর থুবিরকউ য়েঙ্গাং শেম্বা নংনবা।

কাক্সাই—'ত্নদি ইবেম্মা, চংচরে ঐ। [থোকখিবা]

মীরা—[ চিঠি ফাক্তোকতুনা পাবা [

ঐগী নুংশিজরবী।

থোইনা শানা ইররোই, নুমিংনা চীংয়া তম্নরুবনি।

খল্লি কেনখিরোই হায়বস্থ, শাংলি ঙসি ফাওবদা

'সুম্মক শাংখিনি—থাজবা অর্মদি নুংশিবগী

অচেংপা রাখলনা থম্মাইদ লৈরিমখৈ পুন্সিগী।

কাযনগদগুম খল্লরে, নোংলৈ-নুংশিং লাকপদা;

থৌজানবিরে ঐখোয়গী অশেংবা নুংশিবা উবদা

হোল্লনি হুজিক্তী রাকয়েসে পুন্সিগী হিদেন তাফমদা।

মতেং পাংউ নুংশিবী চোকথরবা পাঙ্গন্না হোল্লিবা

র'কয় হিসিনা য়ৌদ্রিফাও নুংশি লমদম হায়বদো।

মতম চুপ্পদা নংতবু খঞ্জরিবা

রমেন

[চিঠি চুপ্নগা] পাংজগে নতেং ঐহাক্ত নুংশি লমদম য়ৌনবা

তরা নুঙাই খাংনির, লৈমিংসি তাইবংপান।

মীরা—ও! লৈরম্লবদি নহাক, ঐগী নাকসিদ ঙসিমক

শাংচগনি মকাম্নান্না কোরৌ মঙালগী থম্বালগুম।

[হরাওনা চিঠি য়ে হুনা জগোই শাবা]

রমেন—[চংলকপা খৌদেম্বা]

মীরা—[করিমত্তা তাদে, হেন্নহুম নুঙাইনা জগোই শাগংপা]

রমেন—নেকচবা তারিয়ে হন্দক্তী, মকোক চিংনবা জগোইগী

রমেন—বসন্ত রাসকী 'মুক মি পেন্না য়েংজনবা।

মীরা—ও! ইকাইজখ্রেদ ঐদি। [ইকাইনা লুকথখিবা]

রমেন—গুদ ইভ্নিং।

মীরা—গুদ ইভ্নিং। নহাক ওইরে, ইকাইকুবহ্ পাম্মুংখ্রে।

রমেন—'হু ওইরগনা হঞ্জিনবীরোদনা।

মীরা—হঞ্জিঞ্জবা হায়হুনি, কমদৌবিরগে রিজল্টপু ?

রমেন—ঈশ্বর অমসুং নংগী থৌজান্দগী।

মীরা—করি ক্লাসতা।

রমেন—উচিন নাচিন্না ফার্ষ্ট ক্লাস্তা।

মীরা—ও! ইকাও কাওথোক্লুরে ঐ। চিয়াররোমদা লে শিনবিয়ু।

[ চৌকি চিংশিল্লগা থাবা ]

রমেন—ফম্লরোই ঐ।

মীরা—করিগী ?

রমেন—ওসাইনদি থাবিদনা. হুজিক্ত রাখংবা শাবিরিয়ে।

মীরা—প্লিজ ! চানবিহুনা—হায়জগে 'মুক্ত য়াবিয়ু।

[ মরেংজুম পায়হুনা ফমহনবা ]

রমেন—কৈদৌঙৈ ইম্ফাল য়ৌবিরকে ?

মীরা—ওসিদ।

রমেন করিগী 'মুক থেংনা।

মীরা—দিয়ু টু বেদ রেদর।

মথাদ হেক লাকচরবনি, অদোমগী পাউ তাজনিংবদগী।

রমেন—থল্লমীবা ঐনা লাল্লবা, কাউথোকপিগ্রমাল্লে হায়হুনা নিংশিংজগে খঞ্জহুনা ইকাই খংদ'খৈ চংলক্লিবা।

মীরা—হুন্দোকপিগদ্রা হায়তুনা চিংনজরিবদি ঐখোয়নি।

রমেন—রাখল অতু ওন্নরে। মনিং তম্না য়েৎচবী
উবিরৈগী জাৎসিনি চিংনজরিবা! লেংদ' প্মমেল 'খোয়বু
চিংননিঙাই কবি লৈবগে, হংগে ঙসিদি নঙোন্দ?
রাফম 'মা পম্মোইগী য়ানিংই য়ানিংদে হায়বদো।
শেংন খুম্মু ঐঙোন্দ, ন ন হেন্না খংলিতুনি
মীতৈ সমাজ করিনো? সমাজ সিগী চৎনব।

মীরা—মীতৈ সমাজ কৈদৌরগে?

রমেন—কৈশু ভৌদে সমাজ।
ঐ-ন ৩গী পুন্সিনা মপূং ফাদে সমাজ;
সমাজ 'সিগী ইতিহাস হোংদ্রি, থাজবা চৎনবী।
ঐগী ইমাদি খুঙ্গংগী লাইরবী নুপীনি।
তোমথিন ভানবী শাগৈগী মতিক চাবী নংগুম্বী।
মরাইবক ফবনি ইমাগী, মানা ফংজবদ নংগুম্বী।
অতুবু—।

মীরা—কৈদৌরগে ঐবু?

কহ্নাই—(মখুত্তা সুট কেশ অমা পায়তুনা হাথু-হাথু চংলকপা, মীরা অমসুং রমেন উবদা হনখিবা)।

রমেন—চাউখৎপা লমদমগী ঈশিংনা পিক্রিঙৈদে খিক্তুনা
চাউরকপা শিঙেল লৈরাংদি শানৌ নংনা ওইখিঙৈ
লাইর কোন্দ করম্না লৈহাও চানদবা লমদমদা;
শাৎলু হায়বা য়াগনি? মাংখিনি পাম্মুই কংতুনা
হৌফম শাৎফম চাদবনা, শিঙেল লৈরাং 'রেম্বদা।

মীরা—ৱাফম 'তুগী অর্থবু মুন্না খংবা ঙমজত্রিনে।

রমেন—নোংচুপ লোমগী চাউখৎপৈ ঈথক ঈরোইননা চাউরক্লবী
মংন 'মুক পাম্লখিদ্রা নোংপোক লমদমগী চৎনবীসী?
থাজবা ঙমদে ঐ। খুনুংগী চৎনবীনা হারবী:
ইমা লাইরিক হৈতবী, চৎনবীবু চেৎনা থাজরিবী
লাইশু খংদবী মনেমগী ৱাখল 'তুগা করম্না?
লাইরিক লাইশু হৈরবী চাঙখৎপৈ মীংদ মনাংপু
নাকোইননা থম্লবী মথৌ ঙহবী 'মগা
লম্বী 'নিদি তিন্নদনা চৎমীন্ননি করম্না?
পুন্সি লমথুং তানবদা ওইথোক্কবা ৱাফম্নী।
মতুমক্তি চিংনরিবা! ঐগী থম্মোইদ তক্তনা।

মীরা—ওইথোকপা ওইথোক্কবা হায়বদি
লৈরে নংগী ৱাখল্দা, য়াননবা শিনবস্তু
নংনা ঙমগে ঙম্বনি ঙম্মোই নংনা তোকপনি।

রমেন—অদুবু—।

মীরা—হায়খিদুনি হান্ননা, তশেংবনি ঐগীদি
ফিজেৎ চাকচা চৎনবী হৈনগ্রববু থাদোকপা
ঙম্লোহ ঐদি হোংদোকপা, মীতৈ চৎনবী পামজদে।
মতু খংন নহাক্না মুংশিবিখিবা নত্রা?

রমেন—হৌখ্র ৱানি মতুনা
লেংলোই নুংশিবদি কৈদৌনুংদ, ঐহ থম্মোইনা নহাকপু।

মীরা—হুজিক্না পামদতুনা ঐহাকপু চক্রি থাংব ওইরিনি।
লৌরমদাইদ তেংনামাম্বী খায়নরমদাইদ য়োংমানবী;

মীরা—মুপা ওইবা পুকচেলসে, পল্লেপংক্ম লৈতবনি খংজরে।

রমেন—নত্তে, রাখল অতু ওন্নরে।

মুশিনবা হায়বনা 'মনি, লৌন-লৈনবনা অমনি
'নিগী খেন্নবসি ঐখোয়না ময়েক শেংনা উগদবনি।
মুংশিনবৈ থুনবঃ অর্থদ য়ুন পানবা হায়বসি
অহোংবা মতম্না পুন্নকপা লমথুংফম 'মদা লেপ্পনি।
মুংশিনবৈ মতমদা, নিং-তম্না খঞ্জরম্বা;
রাখল পুন্নমকসে করিগুম্বা; লৌন-লৈন তারবদি
পুন্সিনগনি সমাজগী, চৎনবী, হৌনবী অমদি লোঞ্চৎনা।
মীনোক চাউবা সমাজদা, থাদোক্লদি চৎন লোঞ্চৎপু
পোৎপু লাকপা য়াদবা শনগুম কোইডাও ডাওসিরা?

মীরা—খংই, ঐস্তু মতুদি।

রমেন—খংলবদি নহাক করিগী?

য়ানিংদ্রিবা রাফম 'তুদ, হায়রিসিনি ঐগীদি
চৎনবী হৌনবী থাদোক্নবা, ইমানা য়াবা মুপীদো;
ঐস্তু য়াবা তাবনি সমাজগী চৎনবীসু মাংদনবা।

মীরা—রমেন, রাখল হোংলকপা হায়বসি
পুকচেল হোংবগী অতোপ্পা অর্থ অমনি খনবিয়ু।
নংনা হায়রিসিনদি মতম অমগী রাখংদা
পুমহোং গোংলে 'সিনি—নত্রা নহাক?

রমেন—মাপ্পি, অচুম্বনি. অতুম ওইনমক
খনগদবনি মসিদি, ইশা ইশাগীদ খন্দুনা
সমাজগী চংনবী মাংহনবা, কলচর লৈজদবা জাতিগুম

রমেন—মনিং তম্না থোক্লকপা শকফম 'তুনা সমাজদা
য়াইফবা ওইরোই লৈবাক্কী, মনিং তম্বা শাজৎনা ;
অরাংবা রাখল তমতুনস্ত, মাংহনফদে ইশাই ইনাৎ।
কোকিলগী মতুমদা কাক্কী, মকম কোলহন্দুনা কোকিলনা
মচা ওল্লক্ল মতমদা হায়রোই কনাশু কোকিলনি .
মতুনি মীওইবা ঐখোয়স্ত, মীতৈনা মীতৈগী শাজৎ।

মীরা—থংই মতু পূন্নমক।
অতু ওইবগনা নহাক, ঐখোয় য়ুমদ লৈরন্দিনা।

রনেম—'তুবু, অহোংবগী চাউথৎপা খুদম্না ?

কাহ্নাই -[অমুক চংলকপা, মখোয়'নি উবদা হন্দোকখিবা।]

মীরা—মান্নি।

রমেন—য়াওং ইনবা অতুশু, চৎনবীগী রা মদনি।
'তুম ওইনমক ঐহাক নিযম খরগী মথাদ ;
মতম শাংদনা তেন্না, লৈবা ওমগনি কবিগুম্বা ;
রাফম 'তুনা য়ারদি নিংহন্নবা লৈতনা।

মীরা—ঐস্তু 'মুক্ত তাজগে রাফম হায়ববু করিনো ?
করম্বা নিযম মথাদ লৈবিগে হাযবিবা অদোম্না ?

রমেন—ময়েক শেংনা তাবিয়ু -
হান্নগুম, মহৌশাগী মীতৈগী চৎনবী থাদোক্কবা।

মীরা—মতুদি ঐদি 'মত্তস্ত, করিমত্তস্ত হৈতনা

রমেন—মতু য়াদে।
উ কাবদি ওম্লগা, কুম্বা হৈতবা য়াগদ্রাও ?
হৈননবা ঐহাক্না পূন্নমক তম্বীগদৌরিবনি।

রমেন—তম্বীরিডৈ মনুংদ নংগী য়ুমদ লৈবা
হায়বদি—য়াওং ইনবা তারেদনা।
মীরা—অদুদগীদি কমদৌবা? মথাতাবদি।
রমেন—তম্বীবা লোইরবা মতুংদা, হৌনবী, চৎনবী মতুংইন্না
ঐখোয় য়ুমদা চত্তুনা মৌ অনৌবী ওইবীবা।
মীরা—তম্বীবদুদ হৈত্রদি—।
রমেন—[ মীরাগী মনা লৈরদুনা ]
অক্লাদ লৈবা তেনন্নানা মীরোল তম্বীবা য়ারগা,
নংগুম্বী লাইরিক হৈবীদ তম্বীবা য়ারোই হায়রদি।
মীরা—থাদোকওসে, য়াম্না নাইয়ে, অয়ো'মা।
রমেন—হৈরগদ্রাও?
মীরা—হৈজরনিয়ে, তম্বীবদ করিগুম্বা য়াদ্রবদি?
রমেন—করিগুম্বা মদু য়ানদ্রবদি, নুংশিবা তোকপা তাই।
মীরা—হায়রিসিনদি, মতমগী মতুং ইন্না হোংবা নাইবা
নুংশিবদা ভারেনে, ঐখোয় নুংশিনবা 'সিদি।
রমেন—মশানা তাবনি, করিগী হোংলোই?
মতম্নবু লাক্লবদা, লেংলোইদ' চীংফাও হোংলকই।
থৈখি তুরেল ঈচেলফাও—চুমদ্রনে?
মীরা—ফরেনে, রাসে তেনশিন্নবা, হেক্ত ঙাংনসি কৈদৌগে?
নিয়ম 'দুদি ঐখোয়না য়ানবা মওংদ শেম্লসি,
করিগুম্বা নিয়মদু য়ানরদি, লৈবদি ঙম্বীরনিকো।
রমেন—থাদোকচনি ইকাইবা, ফংননবা নুংশিবা,
চিংনজদে করিমত্তা, য়ুমদগু য়ানবা ঙাংনজন্নক্কে।

নখোয় তাচৌ তায়াই তাইনবনা নংগী দাইতনি।
য়ানবা নুমিৎপু খংলদি নম্বো থারগে হেক্তমক।

মীরা—মতিং খংবা তারেদনা,
নুপা থোকই, থোক্তে হায়বা—।

রমেন—ইমুং মনুং য়াননবা, মঙিং লাংদনবা শিনবসি,
ঙমদ্রবদি ঐহাক্না, লো পাশ তৌবগী
কান্নবগী মহয় লৈত্রে শাস্তি থম্নবা হোৎনসি।

কাহ্নাই—[শাওনা মথুত্তা স্নুট কেশ পাইহুনা চংলকপা]
কুইমল্লেদঃ হুরানবা নকোক্ত নাপী পক্লে।

রমেন—মী লাক্লমাল্লে, কদাইদনো ঐ। [চেনগে তৌবা]

কাহ্নাই—মমাংলোমদা লৈরে কোম্বোং; ঙাইবা ঙম্লক্তে।
[ স্নুট কেশ থাদবা রমেন চেনবদা স্নুট কেশতা
লৌহুনা তুবা, অমুক হৌগত্তুনা চেনখিবা ]
করি পাখংনো? হৌদোং চিক্লবৈ রারীফাও'ম্নাওরম্নগনি।
'স্নুক কুইবসিদি [মীরাদ য়েংহুনা]
হিঃ নুংশিরেদকো, পোম্বী ওইরমাল্লে মীরাগী;
চাক্কী পারাদি কদাই য়ৌরে?
[ ইমুংদ মীবা ইকাইহুনা চেনশিনখিবা ]

( লাইট অফ )

# অনিশুবা মতাং

**মধুগী যুম।** **সুমিদাংৱাইরম।**

[ নান্নবা মাঙ্গোল অহুদ, টেবিল অমা, ফম্নবা লিগী চৌকি অমা অনি থাহুনা লৈরি, টেবিলদা লৈ-শু, খবর কাগজনচিংবা খরস্থ চাইথাইহুনা লৈরি। ]

মধু—[ শাওনা মফি কল্লহুনা ]
ইজৎ মাংহল্লে অরেম্বদা।

শখি—করিগী মাংলুনি? হৌনবীগী হায়রুবনি।

মধু - হুই থৌদবা ইনশিনবগুম, খোংঙগা চিকপস্থ ঙমদনা
কৈদৌকনি ঐহাক্না? খৌনাও নানবা খোংবগী;
হায়রোই হায়দ্রা ঐনা থবক ফংদবা নচাসিগী।

শখি—তলব চাদবা কাংবুখৈ চুক শাবা তারিব্রা?

মধু—মতিক মপা চাবদা হায়রুরদি মফৈদনা
সহর 'সিদ তৌরম্লিসিদি, অঙকপনি অঙকপা!

শখি—করিগী ঙক্লিবা?

মধু—সুপী হায়ব চৎলদি, পুদব য়াদে অহৈবা
থাগৎপিনবা ঐখোয়বু। দোর হুম্নবহু মগাইহে
মৌ থিবা চৎপসি, 'মুক্তোইবা লোইনরেহে।

শখি—তলব চাবা ঙাইরিঙৈ, ঐখোয়বু ৱাখংদ তারনি
সহরদে খর হাইথরগা খুংকাপ্পী কাপ্পুনা খিগনি
ইচাই ইমৌ অঙ্কবা ঐগুম লৈরিঙৈদ করিগী?

রমেন—[চংলকপা] তারবনি ঐ! খংলবনি :
ঐগীদমক্ত রাথোক অমা ওইরে হায়বা
ঙসিদগী চৎলগদবনি ঐ!

মধু—[ইঙক-ঙক্লা] কদাইদা !?

রমেন—খংলুবগী থোয়না কান্নদে।

শখি—করিগী !?

রমেন—হায়রিসিনি চৎথ্রগদবনি।

মধু—'হুবু, খংহল্লুদনা কদাইদনো, থুংলুগদৌরি মফমদো?

রমেন—য়াওং ইনখিবা তারে, মতম খর।

শখি—[ মথবাক খুত্থুম শুত্থুনা ]
ইমাইপেম্মা! ইমাইপেম্মা!! 'করিনোনে হায়রিবত্থুবো?
মি ফারগা উচিখোইনা মত্থমদা ফাজিন্দুনা ঙংলগা
উচিখোই মচা ওইখিবগুম নংসু ওইথ্রগে হায়ব্রো?
উচিখোই শাগৈদ তিনথ্রগেরা? ইমাইপেম্মা চৎনদবা
য়াওং ইনবা হায়বদো, য়াদে য়াদে ইবুঙো।

মধু—অফবা মফম্সু লৈরদি, য়াইনে ঐদি চৎখিবা
করিনত্তা থিংজরোই, ইপাই রাদি শেংলবনি।

শখি—হায়রিত্থুবো করিনোনে? মীন চৎনদ রাফমনি
য়াদে য়াদে ইবুঙো, করিনত্তা চংখিবগা।

রমেন—য়াম্না ফবা শাগৈগনি, মচু তাবা ইমুংনি।
নমৌ ঈবেম্মা ওইদৌরিত্থু এমঃ এঃ পাশ তৌরবীনি
পিক্লিঙৈদে মনুংলোমদ লাইরিক-লাইশু ভমখিবনা
মৈতৈ সমাজ চৎনবী খর খুৎলোইবা রাৎলিয়ে।

রমেন—'হুনা ইমাগা তিন্নবদা চুশিনবা থর রাংকনি।
থনবদগী থৌরাংজবনি; কৈদৌগে হেক য়াবিরোবা ?

মধু—হায় শখি। হায়রিবসে নচানা
কুইরোইদবা রাকন্নী হেক্ত চৎহনখ্রোদনা
পামজ পামজ থবক্তো তৌহল্লগা লোইরেদনা ;
লাইরিক হৈবা নচানি ফত্ত' থবক তৌরক্লোই।

শখি—মীওইবৈ অশোয়বসে খংবিদ্রিনে মাই পাবুংনা।

মধু—খংইনে হেন্না খংলিবনি ঐনা।

রমেন—মতিক চাবী মনেমগী মমৌ অমা ওইবদা
চংগদবা হৌন ব্যভার মীতৈ সমাজগী চৎনবী
শাজৎ লোনচৎ পুজৎ খংনদমখৈ ঙসি ;
মীতৈ ইমুং খুদিংদ মনেম-মমৌ লৈমিন্নবদা
থোক্লিবা রাথোক্কী লায়েংনবা পাস্থৈ হায়বু মসিনি।
মতম থর মাংজরস্থু নুপা ওইবা ঐখোয়না ;
মনেমগী মমৌ ওইবদা মতিক চানা তম্বীরগা
য়ুম পানবা অহুনা ইমুং শান্তি ওইগনি।

মধু—বস 'হুনি, চৎলো চৎলো।
ঙসিদগী হৌখ্রো, নুমিংস্থু য়াম্না ফৈ।

রমেন [ চৎকে তৌবা ]

শখি—ঙাইখোনে।

মধু—খাম্মুরন্থু খিৎ, নংমস্থু।

শখি—'হুগী নত্তেনে, হায়রিসিদি
ঐখোয়বুদি নহাক্লা ঙমহুনা চৎখ্রনি ফরেনে ;

শখি—মীগী ইমুং 'ছদ, নংবু লৈরুবা য়াগন্ত্রা ?
রমেন—হৌন খংবা ইমুংনি, করিগী য়াদুনি হায়বগে ?
চৎচরে ঐ ! পাউ 'মুক খংহঞ্জরক্কে ।
[ থোকখিবা ]
মধু—ইহে হংহৌদ্রেদো ঐদি
কনাগী ইমুংদনো, কদাইদনো মফম্না ?
শক্তি—খংবা হায়ত্নুনি, পাউ 'মুক হন্দোল্লক্লগা ।
মধু—চৎখিবনা ফরে, হৌন খংদদল্লা তুজিক্কী
মনেম মমৌ খৎনত্নুনা চোঙা চিক্লবৈ মতৌগুম
লাংগদৈ শরুক্কী, মতম খর মাংজরম্মু
ইচানা তৌবনা চুমক্লনি ; মমৌ ওইগদ কাংবুখৈ
ট্রেনিং হান্না পিথোক্লগা য়ুমদা পুশিল্লকপনা
ইমুং মহিস্থু চেল্লরোই ইংনা-চিকস্থু পাল্লনি ।
বীজয়--[ চংলকপা ] ।
মধু—উদব কুইরেদ মরুপ ।
করম করম পাল্লিবগে, নুঙাইখিরিনিনা ।
বীজয় কনানবু নুঙাইগবনো ? পংলৈ লৈবা হায়ত্নুনি ।
শখি—লেংশিনবিয়ু মোড়াদ । [ মোড়া থাবা ]
বীজয়—য়ারেনে য়ারেনে ।
মধু—য়ুম 'মমম পুনরবনিনা, পাক উনবা ফংখিদ্রে
করি থবক চখবিরিগে, হান্নেদ 'ছুম লৈবিরিব্রা ?
বীজয়—লম হোংজয়ে মরুপ ।

মধু—করিগী !? 'ঙক নুঙাইবা লমচুবু
থাদোক্লগা কদাইদা? শখি! মরূপকী খুদোং—
শখি—[ চংখিবা ]
বীজয়—লম হোংলকপৈ মরমদি, ওস্থোক্ল য়াম্না শাংগ্রে
রারী 'মা ওইনা লৈথরবনি মন্তুনা—।
মধু—খংব য়াদব 'খোযনা লিবা য়াদ রারীগ্না?
যাদ ওইব তাররোই য়াবা ওইব লিরক্লো।
বীজয—লাংলেন ইমোম ঐগী 'মত্তা শাৎপী থাদোইদো
যুমদা লৈযু য়াদ্রে ঙাওরে নুংশি রাখন্দ
লৈপ্রে মাগী নাক্তদ হায়ন-তান য়াদখৈ।
মধু মাগী নাক্ত হায়বদি, কনানোনে নুপাচুবো?
বীজয—লৈ ঐখোয নাকন্দুদ, অঙাওব নুপা 'মথক
মাইদমক ঐই ইচাসে রাথোক 'মা ওইনরবনি।
মধু—কবিগী রাথোক? পামজবদ কোক থাজথোকপ্রো।
বীজয়—নুপাচুম ঙাওরবনি, নুংশি কাযন মৈশা-লাং
অঙাওবগী মতৌগুম, লাইয়েকপনি হায়তুনা—
নুংশি রাখন্না লায়নারবা মীওইহুদ কমদোনা?
মধু—হাযরিসিবো ?
বীজয়—অচুগীসু মথক্ত কাযন মৈশা লাংবদৈ
নুংগুম কল্ল থম্মোইচুদ ইচানুপীগী কল্লবা
রাহয় লৈরাং পরেংনা কচ্চবগী মহৈদি;
নিংব কাযব নত্তনা অনৌবা ময়োল চোংখিদ্রে।
মধু—নিংব কায়রব', নিংজবা কাযহল্লবা।

বীজয়—মশান তাবনি, নত্রনে— ?

লৈরাং থম্বাল ওইবীনা, অনৌবা আশা ঙাইজরুবা
কুমগাংখিবদৈ থম্বালনা খোঙ্মু ঈখৌ কয়া লাং
লাংলিবী থম্বাল লৈকাদ অহিং লিক্লানা কৈদৌনি ?
লোক্তে চেম্থরকপা ঈচেলগী ঈশিং ঈখোলবু তারগা
ইখৌ মৈশা লাংবদি করিনুংদৈ ফগনি— ?

মধু—ফরোই, তাবদনা ফবা য়ারোই, ফংত্রিমখৈ মখুৎনা।

বীজয়—ঈখৌ মৈচাকুম হাপকনি, লাইজ ঈশিং ফংদবনা
'হুমঙাই ইচানুপীম্ব, লৈরি চিত্রকারগী নাক্তদ
ফংলোইদবা ময়া মরিচিকা তান্নবগুম মরুভূমিদা।

মধু—মীরাগুম্না চেৎলবা লাইনিং, নচানুপী থাদোইগী
নোংম নত্র নোংম আশা লৈরি কৈদৌগে ?
ঙম্লকনি নোংমদি লাকশিনবা, খুত্তম চনবা মুংশিবনা
মানা মাগী ওইগ্রে, 'হুগা কল্লিগী নংনা ?

বীজয়—চিত্রকারগী মশক্তো, উহল্লরোই খল্লতুনা
থাপ্ন ঐনা লাক্লিবনি, তুংগী পুন্সি য়েংতুনা
তোপ্পা নুপা 'মদা য়ুম্বাল চার লিংহনথ্রগা
পন্নাও-শিংনাও তাতুনা মচা-মশু পোক্লগা
ফরকপা য়াই মাগী, মুংশি রাখন্দো মতম্ম'দ।

মধু কখোকপা ঙম্বা থম্মোইগী, শেংবা মুংশিবা ওইরম্লব ;
চীংজাও হুৎপা ঙম্বা ঈশিং ঈচেলগুম থিংঙম্লোই।

বীজয়—চাং য়েংবা তারেদনা, শিবা ঙম্বা মুংশিবৈ
থৌনা লৈরম্লগনা, লৈরম্বগী থোকপা—

বীজয়—মৈ ইক্কুনা য়েংগদবনি, 'শেংবা সনাৱা হায়বদো ?

মধু—ঐই ইচা নুপাদি 'তোম্বা 'মখক লৈজরি।

মৈ ওইহুনা মহাকপু য়েংহল্লসিৱা সনাৱা ?

নুমিৎ 'মা লেপ্পরগা লুহোংনবা তৌরসি।

'চেৎপা থম্মোই ওইহনা চিত্রকারগী মহাক্না

লেপ্পা মতাং থোক্লগা, ওইজগ্রে চিত্রকারগী।

বীজয়—ফরে, 'হুমক ঐহাক্না পাম্বা হায়দু থোক্লবনি।

শখি—[ হিদাক পুহুনা থোরকপা, বীজয়দ লানশিনবা ]

খুদোং 'সিমতা পাইবিয়ু, মাই পাবুংগীস্থ।

মধু—ফম্মু শখি নংস্থ, পাউ নুঙাইবা তম্লগে।

ইচানুপা অতোম্বগী নুপী লৈরে খংলব্রা ?

শখি—কনাগী মচা ! কদাইদগী ?

মধু—পিক্লিঙৈদ তিন্নরকপা, অতুগীস্থ মথক্ত

মরুপ 'নিগী নুংশিনবা মরিসিস্থ তৎনদনবা

ইতাও বীজয়গী মচানুপী 'মত্তা শাৎপী থাদোইগা

য়ুমঙেপ চার শেম্লদি তিন্ন' মরা চেৎকনি।

শখি—[ মতোমত তুমিন্না ]

ইচাগী থৱাইনা তাজবা, ওইহনবিয়ু হে ঈশ্বর !

বীজয়—য়েংহল্লো লাওনে নচাবু নোংম থারক্কুনা ঐখোয়দা

মধু—হোয় 'হুম্না শিন্নসি 'তুগা নুমিৎ লেপ্পনবা।

বীজয়—হাওরে হিদাকসে ইবেম্মা, ওম্থোক্লস্থ খোয়থুম্নগ্রে।

থেংজিল্লক্লে মতমসে ঐস্থ হন্নবা তৌজগ্রগে।

মধু—য়াম্না কনি. 'তদি লেংথোক্লসি।

[ বীজয অমম্বং মধু থোকখিবা ]

শখি - হে ঈশ্বব ইবুঙো, ইচামা পামজবা শকফমদো

ওইহনবিয়ুকো ইবুঙো—[খুকম্বা]

নিমাই—[ চংলকপা ] কৈদৌরিনো ইমা ?

শখি—ফম্মু নিমাই ঙসিদি, ইচাগী পাউ ন্নুঙাইবা

তমগেলাওনে. থৌজানবিরবনি ঈশ্বরনা।

নিমাই—ঐখোয় 'মাইদি হায়রুরগা ঈশ্বর ! ঈশ্বর !! ঈশ্বর !!

শখি—মসি অঙাং'সিমা লাই-তিন্দ থাজদ্রদনা

নংগী পাউ নুঙাইবসে, তমদনা হেক তোক্লনিসে।

নিমাই—[হন্নাওবা] থ:জৈ থাজৈ, তম্মো করি পাউনো ?

শখি—'তুবুয়ো, ঙসিদি লাক্লম্বীনে 'সিদ

নংগী পাবুংগী মকুপ বীজয় হায়বদো খংলত্রা ?

মাগী মচান্নুপীনে— ।

নিমাই—[ওইমনা শাওরতুনা] 'তু কৈদৌরবা ?

শখি—লুহোংবগী রা লোইনপ্রবনি !

নিমাই—কান্নদে, কান্নদে লুহোংবা—

নোংম নত্র নোংম শোয়দনা ফংলদব মনাগী

হুজিক্লা রাতুনা লৈবা, কান্নদবা থবক্লি।

শখি—হুজিক্কী রা নত্তেয়ে।

নিমাই—নত্রবদি করিগী— ? হোৎনখিনি ঐহাকসু

মপূং ফাবা মী'মা ঐখোয় তাচৌদৌনা ওইনবা।

শখি—চহি কয়াদি গুরে, নংনা হোৎনরক্লিবসে।
মহয় য়ানগনি হায়বা, উবা ফংদ্রে ঐখোয়না।
নিমাই—'ছুই হায়রুরদি শাওনিংই, মীচং-মীখাই নাইড়ুনা।
শখি—মাইদি হায়রুরগা 'সিনি ; অঙাওবসিদি
মমা-মপা ওইবনবু, মচাদ খেন্নব থম্বা ?
নিমাই—অড়ুগীবু হায়করদি, মক 'মত্তদগী লাক্লিবা
পাম্বৈগী উশাশি, সিগী মবক্তা, খেন্নবা লৈবনি।
অক্‌বা য়াওই, অখাকপা য়াওই, করিগী মান্নদে ?
শখি—করিদগীনো নংনা, ঐখোযদা শাওরিবা।
লুনা তৌদে হায়রিব্রা, হায়য়ুনে।
নিমাই—হৌখ্র রানি হৌদোক্লিংদ্রে
ঐস্মু নহালনা মীরৈবাক্ত, লাইরিক তম্বা চৎলম্মদি
বীঃ এঃ দা হায়য়ে; এমঃ এঃ—আ য়ৌরনি।
শখি—নংগীদি 'সিদ তম্ফম লৈবা ঙাক্তনি।
নিমাই—খংঙে।
শখি—হুজিক্তী নংনবু ফরবনি, নয়াম্বসে কান্নদে
পৈশাম্ম থোক্তে, নংদি তলবপু ফংলিনে।
নিমাই—তলব খিজরে, খর মুঙাইথোক্তে
জোম-জোম পিয়ু পৈশাড়ু, পাশ তৌবিগে পরিক্ষা।
শখি—মথাদি ফত্রগা, পৈশাদ তাইনরিবোইয়ে।
হায়য়ুনে, হুজিক নংনা পাম্লীবড়ু করিনো ?
ইচা অতোম্বগী ঙাক্তনি—রাংহল্লোইয়ে করিম্ম ;
ইপামদৈ ইমাগী অউন সনা, লো লোয়না ঐনা

শখি—হয়েং ইচাগা ইমৌগদা, পুল্লপ শিন্নগদৌরিবনি।

নিমাই—কৈশু মিকানবিদে, সনাগা লৌগা 'মত্তা।

শখি—হৌথ্র ঙা চাওএহ্নুনি, হুজিক্কী মতমসে কান্নদে।
হিংবদা লুরগদবনি, হৈন-শিংন পানগদবনি
হিন্নম খুদিংদ শিংগদবনি, নত্রবদি চরা হেনগনি।

নিমাই—ঐদি মাংজখিবনা হেন্না নুঙাইরনি।

শখি—হায়হৈদে হায়হৈদে, কান্নদে ঐনা হায়রিসিনি
রা লোইনথ্রবনি খংলত্রা 'মুক্ত চত্তুনা য়েংলুচো
মশক অহু নহাক্না পূক্লিংনা তাবা থোকপ্রা?
থোক্লবদি ইমানা নংগী লুহোংনবা শিন্দৌরিবা।

নিমাই—য়েংদ্রশু য়ান্ননি।

শখি—করিগীনো, য়েংলুচো 'মুক্ত। শাওহুনা কান্নদে।

নিমাই—হান্না খংইনা 'হুদি মশক ফন ফজবনি
পাউ নুঙাইবা হায়হুদি 'হুদ লোইশিল্লবোইয়ে!

শখি—'হু নংবু য়ানিংলত্রা হায়মী?

নিমাই—খংদেদঃ নখোয় থোক তৌরো।
[ ইকাইনা চংখিবা ]

শখি—হিঃ ইচাসিদি ইকাইরমাল্লে:
অঙাওবসিদি—[ নোকফেৎ তৌবা ]

( লাইট অফ )

# অহুমশুবা মতাং

**রমেশকী য়ুম।** **নুমিদাংরাইরম।**

চিত্রকার [মন্নুংদগী] থাদোক্লো, থাদোক্লো ঐগী রাখল
অঙাংবা ঐগী রাখল? নুশিবীরন্থ ঐবু
চৎচখ্রগ ইনিং হন্না থাদোক্লোনে সরোজ॥
নুংশিবা! নু শিবা!! মতুননি ঐই থম্মোই কায়হল্লিবা।

সরোজ—চিত্রকার! [চিংশিল্লকপা]
নত্তে, চিত্রকার, চংখিন্থ নহাক।
কান্নদ্রবনি, নহাক য়াওদ্রবদি ঐগী পুন্সি।

চিত্রকার সরোজ! নিংবা কায়রবা ঐগী নাক্ত 'মুক
নুংশিবগী ঈশৈ শক্লরগন্থ, চৎখ্রো, নহাক চৎখ্রো
ময়েং তারকপা ঈচাউগুম খক তাবা লৈররোই।
ঐগী নুংশিবদি: ঐগী নুংশিবদি—।

সরোজ—থাশিগুম মন্নবা রাখলসে,
নংগী পূর্ণিমাগুম শেংলবা! নুংশিবগী মঙালনা
'মুক্ত লমজিংবিয়ু ঐ! নহাকথক, নগুংলাংগী—
হকাই খংদবী তারবীনি, নুংশিবতবু ফংলবদি হায়ন্না।

চিত্রকার কান্নদবা হকচাংসি পামহ্না
নুংশি ঈখৌ লাংনবা তত্তনা হোৎনরি নহাক্না
নোংম নত্র' নোংমদি: নিংঙমদবৈ মৈরিনা
নংগী শেংলবা রাখন্দো কুপশ্রগনি 'নংগী নুংশিবা!'

সরোজ—করি! মহু ওইথোক্তবনি, ওইথোক্লোই মহু—।

চিত্রকার— মৈতালনা রাখৈথ্রগা লোইরবা, হকচাংদ থিরুম্নু নুংশিবা কাংদবনি, অরেম্বনি। নুংশিবা নত্তে, অপাম্বা ঙাক্তনি।

[মন্নুংদগী রাধাগী ঈশৈ শরুকপা]

[তুমিন্না মতোমত রাখলদগী]

ঐগী রাধা হিংলি, হিংলি ঐহ রাধা !!

ঙসিমু তারি, মাগী নুংশিবা ঈশৈ।

রাধা ! রাধা !! রাধা !!

সরোজ—চিত্রকার ! 'ছুক কনবা থম্মোই, নু গুম্না লৈরাংগুম থোৎলবী থম্মোইনা নুংশিবগী মমাংদ মহি চেলহনবা ঙমদ্রবদি তাইবংদ নুংশিবা লৈত্রে।

চিত্রকার—চুম্মী সরোজ, ঐগী হকচাংবু নহাক্না খুত্থুম চনবা ঙম্লগা, নুংশিবা ফংলে খনগন্থ।

নুংশিবা ! অশেংবা নুংশিবা, ঈশিংদ, নুংশিত্ত, অতিয়াদ মরু ছুনথ্রবা নুংশিবদি, মপোক 'সিমদগী নত্তে।

লাওন কযাগী নুংশিবা মতুনি মীওইবনা পাম্নরিবা মতুনি ঐগী নুংশিবা, নত্রা নংগী নুংশিবদি ?

সরোজ—চিত্রকার !!

চিত্রকার—নংতগী নুংশিবদো, নংতগী নুংশিবনি— ফোংদোক্লগা কনাগুম্বদা, খংবিদ্রবা নুংশিজরুবত্থনা খক মাংবা লৈরোই, নুংশিবদি মতম চুপ্পা।

থম্মোইদা তুংত্থনা লৈগনি, থোয়না কায়দে নুংশিবীরক্ত্রবমু নিংজবগী অতোপ্পা অর্থনি, নুংশিবা হায়বা 'সিদি।

সরোজ- অত্থবু চিত্রকার ! নোংমতম্মু হায়রুদে—তাবিনবা

সরোজ—রাওইবিরোই খনবনা, চীংনুংদা খোংবা তম্লাই ইপাউ.
বসন্ত কোকিলগী খোয়থুম্নবা, খোঙ্গেল নংনা তাখি ত.খিইঙ:
অদুবু ঙসিদি— ।

চিত্রকার—'মুক কৈদৌরবা—?

সরোজ—বসন্ত ঋতু লোইহনা, চংক্লবদা নাকেন্থা
চীংনুংদ খোংবা তাম্নাগী, নুংশি ঈপাউখোল 'সিবু
লংফৈ চৎপা অরাবা কায়ন ঈশৈ শক্লিবহুনা
ঙৈগাক্ত ওইরম্ব তাবিরোইদ্রা? অরা পোত্থাখিনবা।

চিত্রকার—তাগনি, নুংশিনা পোত্থাহুনা, তাগনি।
'হুবু মহাক—তারম্নগা 'হুম চৎখিনি।

সরোজ - করিগী— ?

চিত্রকার—লমথুংফম রাংলিবনিনা। অদুবু—
অরা থম্মোই পোত্থানবা, তাগনি নুংশি ঈশৈদি
তানা তানা 'হুম্মক; লৈহৌগনি ঈশৈ শক্লুনা
তাম্না কৌবী চেক্লাদি। চৎখিনি মাদি 'হুম্মক।

সরোজ—'হুবু চিত্রকার! নংগী নুংশি মিৎয়েং খাং—
চাউহন্নিংই, পুন্সিগী পামেলসে মউ নাইনা।

চিত্রকার—নত্তে! মদু নত্তে!!
হিংলক্ষ্মী রাধাগী রাখন্দ মতম 'মদা ঐ
'হুবু ঙসিদি—খায়ন ফিজংনা খনখিইঙ
লেপহৌরে অহাংবা তাইবংদ ইংতামত নিংঙমদনা
লোইথ্রগনি পুন্সিদু 'সুম্মক নিংঙমদনা।

সরোজ—ওইরনি ঐস্থ নংগুম্না নিংবা কায়ববী পুন্সিসিদ
পাইরিবা আশাই লৈচিনসে তাথ্রনি নোং ওন্দুনা।
চিত্রকার—ঈখৌ মৈচাক কোকচরনি, নোংদোল থকী লাইজবু
ভাইজরিবী নোঙ্গৌবী দো, মনিং থুংজরনিদনা।
'হুম ওইনমক সরোজ, খস্থৌ! নহাক খস্থৌ!!
নুংশিবদা য়াওবা অপাম্বা থুদ্রে' নিংঙনদে মীওইবা।
সরোজ—নত্রে, মহু নত্রে ঐগী নুংশিবদি।
চিত্রকার—ওইরমগনি।
সরোজ—নত্তে, মহু নত্তে।
চিত্রকার—করম্না?
সরোজ—থৌনা 'হুম্মক লৈরি ঐদি
কখোকপা ঙম্বা, থাদোকপা ঙম্বা নু শিবগীদমক্ত
থাজৌ! মসি থাজৌ! অশেংবনি চিত্রকার -
মতম 'হুদ খংগনি কদায় ফাওবা নুংশিজবা।
খল্লম্বা রাখল ঐগী, কদায় ফাওবা নিংজবা॥
চিত্রকার—'হুবু সরোজ! ঐ! ঐ!! ঐ!! মরাইবক থিরবনি।
থাংলে খোঙদ ঐদি শানৌগী লুম্নবা মুংশিবা
পোরি ঐই নঙ্গন্দনা পুন্সিগী ইথৌ কয়া:
নুংশি রাখল্লা ঙাওবদে তপ্লবা থরোই খোঙথাংনা
মথৌ মশক খংবা, হিংবৈ অর্থ চেলহনবা—
কাকফৈগী খোঙচৎ 'সিবু 'মুক ভান্নবা ফংলকখিদ্রা?
ঙন্নরোই ঙন্নরোই, শোখহৌরবনি ঐদি—।
সরোজ—হায়য়ু চিত্রকার, থাজদবা করি লৈ?

সরোজ—কখোকপা ঙম্বা, থাদোকপা ঙমগনি হায়রবসিদ।

চিত্রকার -হা-হা-হা [নোক্ল-নোক্ল]

থাজে, কখোকপা ঙম্বা হায়বসি নংগী পূক্লিংতননি।

পন্দেম-পন্থো মরুম থুপ চৎনবী য়োহ্লিং থাংলিবী

ননিং তম্বা ঙমজদ্রিবী, নংগী থম্মোইনা করম্না ?

কদাইদা, কনম্না মুংশি লমদম তান্না পাইগদৌরিবা ?

সরোজ ! তাহনগনু ঐবু, মুংশি খংদবা, ব্রা-খংদবা

কাহ্নাই—[পাখৎনা চংলকপা] সরোজ—!

সরোজ—করি হায়গে ? [ইকাইনা লুকথখিবা]

কাহ্নাই—য়ৌরক্লগনি নংগী পাজি, লাকহৌরবনি, চংলক্লনি।

সরোজ—করিগী ?

কাহ্নাই—নংবু থিবা ! চৎলো কদাইদনো'ম—

নত্রবদি রাথোক্লগনি, নংগুম্বী লৈশাবী 'মনা

মুংশিবগী 'তুক থৌনাফবা, ঙম্মল্লী, নত্তে ! নত্তে !!

চংলো, রাথোক্লরনি শোয়দনা নহাক লৈরবদি।

সরোজ—নত্তে মহুদ ঐহাক কিখিগদ্রা ?

চিত্রকার রাথোকচসনু নংগীদমক্ত—

'মুক্ত হায়য়ু ঐঙোন্দ, মুংশিরবী হায়হুনা।

চিত্রকার—কায়নবা অমৈ মথক্ত কায়নবা 'মা

মুংশিবা অমৈ মথক্ত মুংশিবা 'মা

অরাবা অমৈ মথক্ত অরাবা 'মা

পুন্সি ! ঐগী পুন্সি !! ইথৌ ! ঐগী ইথৌ !!

হিংলিবা করিগীদমক্ত !? মুংশিবা করিগীদমক্ত !?

চিত্রকার—চাকথেকথ্রো হকচাংসে তুন্না, ওলহনথ্রো উফুল
ভিনহনথ্রো মালেমদা, পেল্লগনি মহুনা
হে অশিবা লাক্লো, ঐগী নাক্ত লাক্লো।
শেম শারবনি শিনবগীদমক্ত, করিগী নংনা ভসিকাও
রাওইবিদনা লৈরিবা ঐগী পুন্সিবু - ! ঐগী !!

সরোজ—চিত্রকার !! [কন্না লাওবা]

চিত্রকার—সরোজ !!

কাহ্নাই—লাক্লে, নংগী পাজি লাক্লে সরোজ
কদাইদনো চেনথ্রো, চৎথ্রো চংলো।

সরোজ চিত্রকার ! শিরবস্ন-চ লবস্ন নংগীদমক্তনি ঐ !
ফুগাইনা শাৎপী লৈরাং—কনাগীদমক্তনো ?

বীজয়—[শাওনা চংলকপা]
ইকাইদবী ! সমাজসিদ থম্ফম লৈবক্তে ইমাইসে
মসি থোক্তনবা ঐনা, চংলিবান অবাপ্প মফমদা
খুল হোংলিবনি নংগীদমক্ত, খংদে মহু করিমক্তা
চৎসিলাও, হায়বা ইন্দবী ! ইকাইখংদবী !!

[মখুদাং পাইহুনা চিংবদা সরোজনা খাংবা,
চিত্রকারগা মুন্না য়েংনরম্নগা চিংহুনা পুশিনখিবা]

সরোজ চিত্রকার ! মসি পূন্নমক নংগীদমক্তনিকো।

চিত্রকার—[মন্থংলোমদা য়েংলগা] সরোজ, ঐ ! ঐ !! ঐ !!
মনিং তম্না পাইজগে, খঙবা মুংশি চেক্লাদ
য়োহ্লিং চনগে থৌরাংবা নত্তে মীওইবৈ শাজৎ।
থাদোকথো মনিং তমহনথো, পুল্লুগনু অপংবা !

চিত্রকার—শিংনবা ·য়াদবনি মুংশিবদি, খুইথখিনি লৈরাংগুম্বীদো।

বীজয়—[ মনুংদগী ]

নংগী নুংগুম কল্লবা থম্মোইদা করম্ন' ইচাগী
লৈরাংগুন থোংল রাহৈন, মতি চেলহনগনি করম্না ?
ওইথোক্তবনি, পিনা চামথোক্লগা হেন্না লংলকপা
নংগী নুংগী মুন্তিদা চংজফম লৈতে কনাগী স্থু।

চিত্রকার--করি ! করি হায়বা ? নুংগুম কল্লবা থম্মোই
শিংনবা ঙমদ্রবা, থৌরবা উচি ময়ানা
কেক্রু মরূদা চীকপা ঙমদ্রবা ? হা—হা—হা—।

কহ্নাই—হেরা হবোশা নংস্থু, মুংশিরক্কেদা।

[ মতেমত শাওজহুনা কিশি শেংপা ]

নুংশি ঈপাক ঈয়াইদা ঈরাক্লরিবী মুজানা
পুন্সি লমথুং তান্দুনা হোল্লিবা নংগী রাকয়ৈগী
হিবান্দবু যান্দুনা, মুংশি কাদ য়ৌজগে ;
থৌরাংলিবা মুজাগী অরাবহ্ উনা উনা
ঈবাক্লরিবী মুজাবু য়েংশিন্নদ উশিন্নদ
রাওইদনা হোনখিবা, নিংঙমজরোই কান্নথংদ।

চিত্রকার—করি, নিংঙমদবা হায়বা ?

কহ্নাই—নংস্থু নোংমদি খংদক্কনি অরাবা হায়বদো শোয়দনা
পুন্সি তেংর্ব্বান তম্লকপা নংগী রাকয় হিহুনা
করিগুম্বা নংলবা নোংলৈ-মুংশিং মাংথ্রবদ নৌ ;
গুরু 'মম্বা অহিংদা নথম্ভ অরাবা তারক্লবদা
তপ্ন নংগী নাকোংদা চংলক্কুনা তাহল্লনি

কহ্নাই—নিংৰ কায়হৌরবী নুজাই তেংথাখোনগী সুরদা
পান্দুনা শক্লকপা ঈশৈনা, শোয়দ্রবনি নোংমদি।
খুবাক-খুনমতগী ওইবা, তাইবং মীওই মপোক্নি।
চিত্রকার—করি হায়বা ?—ঐবু—ঐবু! ঐ !!
রমেশ—[চংলকপা] চিত্রকার!
চিত্রকার—দাদা!
রমেশ—নহাক চুমদে কজবা রাংলি;
রাফম 'মদা য়াম্না শিংলবস্লু অমরোমদা পংই।
অপংবা, অশোনবা, নিংঙমদবা, হৌগ্রবা কয়া,
কয়া 'ত্বনা নহাকী মমল য়াম্ল পুন্সিদো
ইংথমথাগী উনগুম ফমজিল্লবা, ঈশিং ওইরবনি।
চিত্রকার—নুংশা মঙাল লাক্লগা, 'মুক ঈশিং ওন্দুনা
চেন্থরক্কনি হান্নগুম, পুন্সি ঈপাক তমত্বনা
রমেশ—অরেম্বদা মাংহনগন্ত. মশক খংউ নপুন্সিদো
কব্রং তিলগুম শিরফাওদ: কান্নবা পিনবা তাইবংদ
মশক নাইবা থবক তৌ, মত্বনি পুন্সিগী অর্থ।
কহ্নাই—রাথোক অমা ওইনরগনি।
রমেশ—কররিবো! করিগী রাথোক?
কহ্নাই—চিত্রকারগী—।
রমেশ—হান্নদেশ্ন ওইরিবনি, 'ত্ব নত্তবা অতোপ্প
অনৌবা রাথোক 'মুক ইমুং সিদা চংলক্লিবনো?
কহ্নাই—রাথোক হায়বু অতৈ নত্তে—
মাবু পামজবা সরোজনা ইকাই ইকি খংদখৈ;

কাহ্নাই—মাগীদমক মতম চুপ্পা, অহিং মুংথিল খংদখৈ
মুংশিবা, মুংশিবতনা হায়দুনা লৈরিবনি, মত্থনি রাথোক।

চিত্রকার—রাথোক'তুগী মরূদি নত্তে ঐ!
লাইধিবী পোৎলোই শেৎপী মুপীমচাশিংনা পামজবা;
'তুবু ঐনা ইনশিনব্রা, মতুবু ঐগী ইরাল্লা?
মতৌশাগী মহৌশানা ইনশিল্লকপনি, চৎনবিনি।
ফক্কাইদুনা তেরা মফোল নুংশিৎনা হুমদোকখিববু
হৌদোং নুংশা য়াইরিবদা তাইনরবদি তোক্লেদনা।

রমেশ—মতুগী নত্তে হায়রিবসিদি—

চিত্রকার—'তুদি করিগীনো; নৌহৌননা 'মুক
ফুত্তোক্লবা পাল থাহল্লগা লম্বান হৌহনগে তৌরিব্রা?

রমেশ—নত্তে, মত্থ নত্তে, অচাকপা মৈরিদি নংনি
মৈরাম্বীদুনা চোংশিনদৌরি শিননবগীদমক;
থাবল মণ্ডালদ শিরোই মৈরাম্বীদি খংলব্রা?

চিত্রকার—ঐহাক্লা মৈরি, মহাক্লা মৈরাম্বী
হা—হা—হা, 'তুদি মুথৎলোদনা মৈরিদে', শিদনবা
তন্দগ্নি খল্লুবনি ঐদি, ওইরম্লবোইয়ে মৈরাম্বী।

রমেশ—করিগুম্বা শিবা থোক্লবদি মৈরাম্বীদুনা মৈরিদ
খংলরোইনে ঐখোয়না, মৈরাম্বীগী মরাল্লা নত্রগা মৈরীগী?

কহ্নাই—মত্থনি ঐখোয়না চিংনরিবা
শিবা কিদবে থৌনাদি, লৈরি মুপীমচা সরোজ্জদা।

চিত্রকার—পোক্লকপদে ঈশৈ শক্লুনা, কৌরিবনি মোঙফম্না
পোত্থারোলাও ঐগী নাক্ত। পোত্থানিংবনা পোত্থাখিবা;

চিত্রকার—অশিবৈ ঈশৈ তানিংবা, কাংবুনা চৎখিববু ইরাল্লো !
মতম্না লোইরদি পূন্নমক, কেনখিনি লৈরাংগুম পুন্সি
নত্তে মালংবৈ মরাল : লৈখোক লোইখিবননি ।
রমেশ—থোইদিং হৈদোক্লগা খুনবা . নংগুম্বা থৌনাইদব'মদা
পিরুবা মমল য়াম্নবা, কান্নবা পাউতাক ময়ামসি
কৈবু কৈওইবনা, ঈশিং শোকপা তারবনি ।
কান্নদ্রে, চৎথ্রো কপ্পাইদনোম, তুরেলগী তোর্ব্বান্দ
অচিকপদা, নতোমত ফমদুনা লৈরুরো তুমিন্ন ।
চিত্রকার—মদুনা কাপ্পাগী অশেংবা ফজবদু পুরকপা ওমগনি
অশুকপা জঙ্গল কয়াদ রাংলবা চীংজাও কয়াদ
মমল য়াম্বা মণি-মুক্তা, খনি ফংবা ওমগনি ।
য়াই মুন্নবা মফমসিদ লৈজনিংদ্রে, চৎচথ্রগে । [থোকখিবা।]
কহ্নাই—ইবুঙো রমেশ ! অডাওবা মাগী রাখপ্পগী
লাইনা সিদি সুম্মক. মাবু মানি থংথ্ররোই ।
'হুগীসু মথক্ত—পূকচেল চেৎলবা সরোজগী
নুংশি ঈথিল 'মনা ঈথাই পিগে তত্তনা
হোৎনরকপা থৌরাংসিনা, শিবা চংবৈ রাফম
কৈগু লৈতনা খল্লক্লি ; মদুনি ঐনা কিবিরিবা
মমল য়াম্ন পুন্সি.স লক্লরি নুংশিবগীদমক
ও ! কনথ্রবোইয়ে নুংশিবা ! করি যাদু য়াওদুনা
নুংশিনবৈ মীওইবনা, 'সুক থৌনা ফনরিবা !
রমেশ খংদে, ঐসু মাগী রাখল !
বীঃ এঃ পাস তৌরবা গ্রেজুয়েট ওইরবা মহাক্লা

রমেশ—পুন্সিগী মমলস্থু খংদনা হুংশিবদা তাওনা চৎলিবা ;
করম্বা ঈরৈদা 'মুক লুপ্পবে থৌরাং তৌরিবা ?
নৌ য়াওনা য়াওনা লমথুংফম য়োরক্কব মীহুদি
রাঙব্রেনগা খুৎশম্নহুনা চৎথ্রসনু, তাইবং ঈরাংমসিদা।

কাহ্নাই—ইবুঙো রমেশ !

রমেশ—মহুনি মাগী লৈহৌগদবা, পুন্সিগী ইতিহাস
মহুনি মানা ওইহল্লিংলিবা, মানা পামজরিবা।
চোকথরে হকচাংসে ঐ ! পোথারুখিগে ভৈহাক্ত।

[ ইমুংদা চংখিবা— ]

মীরা—[কিনা চংলকপা, তুমিন্না কৌরকপা]
তাকহ্নাই ! তাকহ্নাই !!

কাহ্নাই—করিনো !—হা কৈদৌরে ?

মীরা—ঐখোয় দাদা 'চৌবদি।

কাহ্নাই—করিগীনো হংলিবা ?

মীরা—লৈত্রা হায়বা ?

কাহ্নাই—লৈয়ে, করিগীনো ?

মীরা—[পাখৎনা] কমাই তৌনি ঐদি ?

কাহ্নাই—করিগীনো নংনা ইপা পাখংলিবদি।

মীরা—লাক্লে ঐখোয়দা, লৈরনি হায়হুনা।

কাহ্নাই 'হু ওইরগা পুশিল্লক্লো, করিগী কিরি ?

মীরা—চোপ্পদি ! চৈরক্লদি কমদৌনি ?

কাহ্নাই—চোপ্প কির' ফংজদ্রেদনা।

মীরা—মাই হৌনবী তৌরক্লগদবনি।

কাহ্নাই—নংনবু পুশিল্লক্লদি, দাদা চৌববুদি ঙাংনবিগেনে ঐ।
মীরা—'হুদি পুশিল্লক্লগেকো। [ থোকখিবা— ]
কাহ্নাই—পুশিল্লক্লো, থিল্লিনে হুজিকমক!
যেংববু হৈরবদি কুম্মৈ-কুম্মৈ ঙাক্তনি।
[ মীরা অমসুং রমেন পোৎয়োম খর: স্রুট কেশ
মচা অমা পুতুনা চংলকপা ]
ইবুঙো রমেন, ইকাইরুনু! ইকাইকনু !!
চাউখৎলবা, লাইরিক-লাইশু হৈনরবা ঙাক্তনি।
ঙাংনরগা লোইরে, ভাব তানা, লৈখাই তানা;
ফম্মু ফম্মু চৌকিরোমদা লেংশিল্লু।
রমেন— [ইকাইনা ফম্বা]
মীরা—তাকহ্নাই ঙসিদি, শঙ্গোম লোল্লুখিগে নচল্লা
শাওদনবা তাচৌদা, খর মুক্ত ঙাংনবিয়ু।
[ চংখিবা— ]
কাহ্নাই—রামাং য়ানখ্রবনি হান্ননা, কয়া শাওবদি নত্তেদঃ
দেশ সেবা, সমাজ সংস্কার, দেশ বন্ধু ওইরিবনি
খংদে হোরেল চিক্লরক্কদ্রা! অঙাওবা হুইদৌনা
চিক্লরোইদ: ভাব তানরবা ঙাক্তনি।
রামশ—[মনুংদগী] করিনো 'হুক লাংলিবদো
রমে মী থিবা লাক্লব্রা, করিগুম্বা হরি লাক্লবদি
চেক হৌদোরক্কউ ঐবু, অথুবা থবক চৎকদবনি।
কাহ্নাই—হোয়, হোয়! হৌদোরক্কে ইবুঙো।
রমেন—[ ফম্ফমদগী হৌগৎকে তৌবা ] তাকাহ্নাই।

কাহ্নাই—[ফমথহল্লগা] পাখৎলুন্ননে, কৈশু তৌরোইনে,
        লৈরিনে ঐ, করি ক্লাস য়ৌরবা ইবুঙোদি।
রমেন—ঐহাক এম: এ এল: এল: বি: পাশ তৌজরে।
কাহ্নাই—হায়বদি লো পাশ তৌরবনিনে; নত্রা?
        চিংনদেদঃ করিসু, মতিক চাবা-চাবী ঙাক্কনি।
        নুপানা এম: এ: এল: এল: বি: নুপীসু এম: এ:।
মীরা—[ শঙ্গোম গ্লাস 'ান পুহুনা থোরকপা ]
        ঙসিদি শঙ্গোম মহাউ য়েংবিবা তারেদনা
        'মনা তাকাহ্নাইগী, 'মনা সোমগী।
কাহ্নাই—হা-হা, থকপদা ঙাইহিরি ঐদি
        নখোয় 'হুম থকচরো—।
মীরা—ঐগীসু লৈহৌই, খুৎ শংদহুনা পুথোরক্কবনি।
কাহ্নাই—হেঞ্জিনবা ফক্তে থবক খুদিংমক
        ফংলবনি হায়হুনা পংচা চাশিনবা ফক্তে
        মরমদি, শগুপ শাইবা জীব নত্তে তাইবং মীদি।
        কদাইদা থমলুনি, অরৈমখৈ চাশিল্লবদি
        মেছিনগুম শিজিন্নগদবনি, ইঞ্জিনসু মীওইবৈ চাংনাইনা
        কুইনা চৎনবা, লম্বেন্দ বেরা তৌদনবা।
মীরা—তাকাহ্নাই, 'সোমদা 'মুক্ত।
কাহ্নাই—করিনো? করি হায়দৌরিবনো?
মীরা—[ তুমিন্না কাহ্নাইগী নাকোংদ রা হায়বা ]
কাহ্নাই—[ ইমুংদ চংখিবা ]
রমেন—করি রাতানহুনা, ঐবু ইকাইবা পিগদৌরিবনো?

মীরা—য়াইফনবনে অদোমগী, তুংগী আশাগীদমক

রমেন—লুদ মী চংবা, তাহনা তোকনিকো ঐ।

শৌ পানবা তুঙ্গোন্দ চোংবা লেম্লে ঙাগুম্না

লাইরেন্না লফুরিৎ কাবদি তাহনবিগনু ইবেম্মা।

মীরা—তৌঙম্বীদি নহাকথক, ওইজরিবীনি ঐহাক্তী

ঐখোয় তাচৌ লাক্লে। [ লুকথখিবা ]

রমেশ—[ থোরকপা ] ইবুঙো, কাহ্নাইনা হায়রিসে চুম্লব্রা ?

কাহ্নাই—[ থোরকপা ] অচুম্বনি ইবুংঙো, নচন ইবেম্মা মীরাগী

নিংজবা থরাইগী কৃষ্ণ লেংলক্লবনি ঙসিদি

রথ-দোলাই ঙাংঙমদ, মখোঙ থোংন হেক্তমক।

রমেশ—শক্তী কৈথেন্দ মীওইবা নুঙাঙ' থিরিগৈ পুন্সিবু

অপাম্বা লমহুইনা চিকপদা ঙাওরকপা হুইগী রাখলগুম

অঙাওবা হুইগুম কোইঙাও-ঙাও, কোয়চৎ-চৎপগুম

লমহুইনা হেক্ত চিকখিবদা, তাহনগনু মহুদি;

পাম্মুহ মীওইবৈ পুন্সি, ইনখৎলকপা পাখং

লাইশু খংদনা লাইরিক হৈবা, কান্নদবনি সমাজদা!

লানফমদ থাঙ পুরগা, থাঙগী কান্নবা খংহন্দ

লুম্নবা পুবা 'হুদি চংনদ্রবনি হুজিক্কান্দ॥

রমেন—লাইশু খংজৈ, চাউখৎপদি পামজৈ ঐসু

থাঙ শিজিন্নবা হৈজৈ, শিজিন্নগে খঞ্জরিবনি।

মাংহন্নিংদে ইনাৎপু সমাজ সংস্কার য়াওজরিবনি॥

রমেশ- হায়য়ু পাখং! করম্বা য়ানবগী মখাদ

নংনা ঐগী য়ুনসিদ লৈগে হায়না খল্লিবা?

রমেন—মীতৈ সমাজগী চৎনলোন, মনাৎ মশক খংদবী
মীরাবু ঐনা পুন্সিগী মরুপ ওইগে খনবদা
লৈহাও চানদবা মফমদা, হোংদোরকপা পান্বীনা শিখিগুম
শিখিদনবা হায়তুনা, হোৎনজনিংই ঐহাক্না।

রমেশ—থৌরাং 'ছু তাসিদনা পান্বী 'ছু হিংননবা
করি করি থৌরাংদি য়ানতুনা পাখৎলি।

রমেন—দলিল অমা ঐখোয়না, য়ানবা মওংদা ইজরক্লি।

কাহ্নাই—পারক্লো তারসিদনা — ।

রমেশ—হায়বদি, দলিল 'তুগী মখাদ নখোয় 'নিগী
য়ানবা দলিল হায়বদি, লৈবাক মীযাম্না য়াবা
চৎনবীদ, সংস্কৃতীদা, ইজাত্তিদ, কায়দবা দলিল ওইগদবনি।
নত্রবদি, নখোয় 'নিতনা য়ানৈ হায় হাযতুনস্থ— ।

কাহ্নাই—'তুবু পারগা মখোয়না, তারগা ঐখোযনা
য়াই য়াদে হায়তুদি চুমথোক্লবা তারেদনা।

রমেশ—পারক্লোদনা তারসি — ।

রমেন—[ দলিল ফাকতোক্লুনা পাবা ]

(১) অকক্লবা য়ানবা মতমগী, মতুংইন্না মীরানা
লৈজরম্বা মীতৈগী হান্নগী, চাকচা, ফিজেং, চ নবী
মনাত্তা হঞ্জিনবা হোৎনবৈ থৌদাং লৌবা রমেন্না।

(২) হান্নগী ইনাৎ চৎনবী হৌন খংহল্লবা তুংদ
মুপী ওইবীগী হৌনবী য়ুম পাল্লবা তুংদ
মুপা ময়ুমদ হান্নগুম 'মুক হন্না চৎপ।

(৩) চক্রিউ মরক 'সিদা মৌ অমৈ চংনবী;

লোনচৎ. রাঙাং-শাঙাং তিন্নবা য়ানবা মনেমগা
মযম 'সিদ লৈতুনা মতম খর থম্বীবা।
মসিনি ঐখোয়না য়ানবা; নিয়ম হায়বা 'সিবু।

রমেশ—মীরা!

মীরা—তাচৌ।

রমেশ—রাফম'সি পাংথোক্লিঙৈদ, নখোয় 'নি হান্নবা
লুহোংখিবা তারিয়ে, নত্রবদি রাফমসি
থক পাংথোকপা য়াখিরোই, 'তুগীসু মথক্ত
রাফম 'সিবু ইবেম্মা য়ানরব্রা নহাক্কা?

কাহ্নাই—করিনো নংনা খল্লিবা, হাযদোকখ্রোদনা ইবেম্মা!

মীরা—[ইকাইনা] হোয়, য়ানজববনি ঐখোয!

রমেশ—খিল্লে তাকাহ্নাই 'তুদি বামোন 'মা কৌরুচো
লুহোংনবা হুজিকমক থৌরাং তৌদবা য়াদ্রি
মেরিএজ রেজিষ্টার তৌতুনা চেন্নদনবসু হোৎনসি।

হরি—[চংলকপা]

কাহ্নাই—ফরে ঐজ্ঞা হরিনা, তাঞ্জা চানা য়ৌরকপসি
খৌরাংনসু লৈজরম্নবনি, ঐজ্ঞাই মাইথোং 'তুত।

হরি—করিগীনো ঐহাকপু: ভাবসু ইতা তাদ্রিনে।

রমেশ—ঙৈহাক ঙাইখো হকচিক লাংনা
লৈখায় তারকনি 'তুগা: ঐজ্ঞাই খুদা।

কাহ্নাই—সোমদা লৈজরে [ফিদা থাবা]

হরি—করি উৎসোবকী ওইরবনো? বার্ত্তোন থাবিরিবসিবো।

কাহ্নাই—উৎসব নত্তে ঐজ্ঞা, পুরোহিৎ ওইবিয়ু লুহোংবগী।

হরি—কনা-কনাই ?

কাহ্নাই—[মীরা অমগুং রমেন য়েংলগা]

তু আদগী অনিসিনে ঙাম্মোইরিবা।

হরি—করিনোনে হায়রিসিবো, রাবু লৈখায় তাদ্রিব্রা ?

রমেশ—লৈখাই তারনি ঐজ্ঞা ইবুঙো।

হরি—কর‌ন্না ?

কাহ্নাই—বর-কন্যা 'নিমক সুনা লৈরবসিনি।

রমেশ—অনৌবা অহোংবা চাউখৎপগী চৎনবীদ

শেল চ দনা লুহোংবা য়ানবা নিয়মগী মখাদ:

মতুনি ঐখোয়না পান্নিবা তৌগদবস্তু ঙসিমক।

হরি—বাগোন ঐহাঁদি চিংনবিন্নু, থৌরাং লৈজরে হুজিকমক

লুহোংনবা তৌরসি, বর-কন্যা থোকপিরকও।

কাহ্নাই—ঙাইখো ঐজ্ঞা নগীসিবো 'সিদা হোংসি হায়রিব্রা ?

হরি—করিনোনে হায়রিসিবো, ইঙাও ঙাওরে ঐ!

লুহোংবব্ময়ুমদা হোংদ্রবদি কদাইদা

হোংসি হায়রিবনোনে ? থৌরাং লোইরো নখোয়বু।

রমেশ নত্তে য়ুমদ হোংগদবা

হরি—অতুদি কদাগদা — ?

রমেশ—ঐজ্ঞাগী লাইশংদ।

হরি—অতু ওইর' লাক্রোদনা।

রমেশ—ঙাইখো ঐজ্ঞা ইবুঙো রা 'মত্তা হংখিগে

হরি—করি রানো ঐঙোন্দরা ?

রমেশ নত্তে।

কাহ্নাই—নত্রবদি ঐঙোন্দরা ?
রমেশ—নত্তে, আইন খংলবা ইবুঙো
নংগী অহল-লমন্না, করিগুম্বা থিংবা তারবদি ?
ঐগী ইচন নুপীসিদি করম তৌবা তাগনি।
রমেন—অতুগীদি চিংনবিকনু, ঐনা যুমগী অহল-লমন্দগী
অযা চে 'মা পুন্থনা লাকংবিবসিনি যেংবিয়ু।
[ফুরিৎখাওদৈ অযা-চে লৌথোক্কুনা পিবা
রমেশ—'ড়ুদি অযা-চেসে ঐনা, মতম খব থনখিান
ঐজ্ঞা 'ড়ুদি যারনি, অঙা শিগা তাকতাইগ [illegible] লায়বাখা।
হরি—থবক চংসি হায়ড়ুনা [illegible] চেলকপাসে [illegible]
লুহোংবৈ পুরোহিং ওহ্নুনা মনা তৌবা ঐ।
চংলসি লাকও ! লুহো নবা ঐবানি।
কাহ্নাই—দান পিনবাদ।
রমেশ—ঐ লাক্কনি।
কাহ্নাই—হৌগংলোনে ইবুঙো, মীবা নম্থু লাক্লোনে
ইকাইকন্ন কাংবমত্তা চৌন-চৎন লিচংনি
মুনিং মযুম চংদ্রিংও যৌহৌনবা খোঙলে থুনসি।
—[মীবা, রমেন, হবি অমস্থ, কাহ্নাই মাং-মবি থোকখিবা]
রমেশ—য়াইফনবা সমাজগী, অহোবা চৎনবা ওইডুনস্থু
কানবু কান্নবা ওইরবদি, ঐদি থিবা লৈররোই।

(লাইট ওফ)

## ইণ্টরভেল

# মরিশুবা মতাং

**বীজয়গী য়ুম** **নুমিদাংরাইরম।**

[ইনা লা খন তানা কুপ্পা য়ুমগী মাঙ্গোল অমদা পৈয়া খর শিন্দুনা লৈবা, চিদাক থক্ক-থক্ক ঙাংলি]

বীজয়—ওইরোইদবা রাখল খন্দুনা কপ্লিবদো কান্নদে;
ইপানা শিল্লি পুন্নমক নংগী ফন ঙাক্কনি।

সরোজ—[থেংঙবাদ ঙান্দুনা, মথরাই নুঙাইতনা মরূ লুক্ক লৈরি]
করিগুম্বা চিংলল্লবদি ইনানা, ঙসি ফংওবা ঐইদমক
নিঙোল ওইবীগী অরাৰসে খংগদবনি মমা ওইবীতনা।

বীজয়—ইয়া! অপ-বীসিন শাওরিবসে—
অঙাংনা মৈ কিদৰগুম, ইনখৎলকপা মতমদা
নুংশিববু কিদবা মহৌশানি খংইনে—
মন্দুনা তুং কুইনগী শাংথবদি য়াদবা।
থোরকপা নুমিৎকী মঙালনা, য়ৈবদা মণিগুম মিংথক্লবা
অরংব লিক্লাবু পামজবী কাও অমোমগুম নংক্লা;
মনিল ওনখ্র' মাংখিবা নুংশিববু কৈদৌংদ থিন্দুনা
ফংলকখিনি নংগী থম্মোইদ, ওইথোক্কবানি খল্লুনু।

সরোজ—ঙাইঙমদবী শিঙ্গারৈ পুন্সিগুম ইনুং পুঙ্গোই লানঙমদ
কেনগে ইদোম মহাকথং, কেনথ্রগা লৈরাং পুন্সিনা
লমখাংদ পাম্মুনা—কল্লক পেন্নহৌসনু থাবন্না।

বীজয় কয়ারক হৎনা চোপ্লবনি নংগীদমক্ত ঐহাকসে
'হুমক্তদ ঙসিন্তু-নংনা ঐবু ইকাইবা
পিরি তত্তনা চত্তুনা চিত্রকারগী মনাক্ত।

সরোজ—চিত্রকার মুত্তি অমনি থম্মোইন্নদ লাংচবা
মনি তম্বা পানজবা ঐগী থম্মোইনা লাংচবা।

বীজয়—থৱুন্ন মাগী রাখল মাঙোন্দ লৈতে নংবু
নুংশিবৈ ঈংকি 'মত্রা মাগী রাখল থাদোকউ।

সরোজ—ঙম্রে'ই ঐদি থাদোকপা।

বীজয়—অপবী! খেংইমুনা কৈশু রাবিদবনি লৈরাগী।
কান্নদে, ঐনা শিল্লিবসিনি নগী তুংগীদমক্ত।
লাইনিংবীগুন ফিজোল হোত্নুনা, নিজব ঙমগদ্রা চিত্রকারবু
ওইথোক্তবনি! ওইথোক্তবনি!! নুংশিজকবত্তন পকহৌনি
থম্মোই লাইমন হায়বদো, নুংগী মত্তি 'মদা
কোল্লু কপ্লুবৈ তথদি 'তিযাদ লমথুংফম থিবনি।

সরোজ—ঙম্মি ঐদি নিংজবা, লাইনিবীগুন ফিজোল হোত্নুনা।

বীজয়—[খাক্লা নোকপা] লাইনিংবীগুন ঙম্নী হায়বা।
ঙম্নবশু নহাক্লা, ঐনা য়াদে হায়রিসিনি।

সরোজ—ঙম্নী থিবা নখোয়না, ঐগী হকচাং পোলাংদি
মাগী নাক্ত চত্তনবা; শৌ পানবা তুঙ্গোন্দ
ফাবকপা ঙাংগুন চোংদনবা, 'হুবু মনিংতম্বা পানজবী
ঐগী থরাই 'সিদি থিংবা ঙম্নী কনানা?

বীজয়—হায়বদি নহাক, শিবা ঙম্নী সিরা?
নত্তে নত্তে, 'হুন্না হায়নু! করি! করি! শিবা!!

বীজয়—ইচানা মোক্লগা হরাওজরিবা মপানি।
নংনা কপ্পা উরগা, ৱাবনা কপচরিবা মপা
মপা 'মা ওইবনা মচাগীদমক্ত অরাবা—
মহু উদে নহাক্তী হন্থনা চেনবা ঈচেঙ্গনিনা
মপাবু মচানা নুংশিবা হৌনত্ৰদো নহাক্লা?
সরোজ—পাজি! পাপ কয়ানা তাশিন্দুনা
শারবা ঐগী হকচাংসে, মাংজপ্রসন্নু অরেম্বদা।
বীজয়—নত্তে সরোজ! হায়হৈদে মহু
য়ানিংদবা থবক ইচানা তৌরোই ঐনা কৈদৌনুং
'তুবুনে সরোজ! থম্মোইদ খনবা খুদিংমক
থবক ওইনা হোৎনবদা য়াদবা কোঙ্গাই য়াওবনি
অচংবা মরু তুন্দুনসু লৈহাও ফত্তব জগাদ
মতমগী তমথিবঃ তীলনা অনৌবা লৈয়োন্দ চিক্লনা
মউ নাইবা ওমদনা অরেম্বদা মাংখি পাম্বীশিং;
মতুনি মীওইবৈ ৱাখলসু, খনবগা থবক্কা খেন্নবনি
'তুম ওইনমক ঐহাক্লা নংগীদমক ওসিদি
ইক'ই ইকি লান্দুনা হায়রুগনি চিত্রকারদা
ইচানুপী সরোজবু পুন্সিগী মরুপ ওইবিয়ু।
[ থোকখিবা ]

সরোজ—পাজি! পাজি!!
লাংতক্লবা ঐগী থম্মোইনা, খৌরাংই মাগী নুংশিবা
খংবিদবনা ঐগী থম্মোই, হায়রক্ত্রা মানা ঐবু;
নত্ৰগা—চিংনবা করি লৈহুনা মানা ঐবু;

লুংশি মিৎয়েং 'মওং মিৎচিনা মিত্তারমত্রিবা ?

[ নোকফেৎ তৌবা, হরাওবা ]

'তুবু শিত্রিফাও, ঙমখৈ নাইত্রবা আশাগী

মপান্তনা হিংখিনি, চিত্রকারগীদমক সরোজনা।

নিমাই—[চংলকপা] করিগুম্বা রাফম 'মত্তা—।

সরোজ—[ইকাইনা] তাকপিয়ু। করি ওইরবনো ?

নিমাই—তাজবা কুইরবা কোলোযদি, তাংদাংবা শক্তী লৈরা গী

খংদবনা ঙসিদি, রাংৌবিনু হংজগে

পাইম শেপ্তনা খুম্বীয়ু পাখং ওইবা ঐগী কা।

সরোজ—তাকপিয়ুনে কৈদৌগে, হাযজগনি অশে বা।

নিমাই—কোলোয় সরোজ হায়বা, মি লনমিদ চুম্বি বত্রা ?

সরোজ—কোলোয়নবী 'তুম্না পম্থৌ ওইবা মহাক্ক।

নিমাই—চুম্নবনিনা ভজিক্তী তা দা পুকচেল খ ঙ গে।

লম্লানবনি ঐহাক্তী, শিংচেল কাদ তমজনপা

লুংশি ইভুল ঙসি-নো ; চান্না চেক্লা শিংচেলগী

লৈরবদি হঞ্জগ্রগে, লৈবা নপাউ শেংবিয়ু।

সরোজ—'তুক কুপ্না হংবিবা, করিগীনো 'দোম্না ?

নিমাই—হায়ন শিংন ওইখিডৈ শিংচেল ওইবী নহাক্লা

খংজনি তুনা তৌজবনি অরেপ্পা পূকচেল ইবেম্মে ;

করিগুম্বা থম্মোইনা য়ানি দ লৈর হাযবিরো।

লুহোং-খোংদোং রাফমসে তোক্লনবা হায়জরুগে

নিংজ পামেন্দ য়েৎচবা উরি ওইবী মহৌশানি ;

মতুদ করন্না ঐনা ? খন্দুনা হংজগে লাকচরি।

সরোজ—ন্নারৌবিন্নু—

কৎখিবনা থম্মোইসে, কনাগুম্বা অমদা ঐই
খুৎশিন্নবা ঙমজদ্রে হন্দকী মতাং 'সিদি।
মখল-মথেল কয়াগী, লৈরাং শাৎপা লৈকোলনি।
পূক্নিংনা খোয়দাবা থিবিরু, মপুই লৈরাং লৈকোন্দ।

নিমাই—থমজৈ ঐইস্নু লৈরাংদো থম্মোই কাচিন্দা থুপ্লুনা
'তুক হংজগে লাকপনি হায়নৈ শি নৈ হায়দুনা
লৈহাউ পামজবা লাংনুবী, তাহনবিগনু ইবেম্মা।
ন্নারৌবিরোই হঞ্জরে, ঙৈহাক য়েৎলে শাওবিন্নু।

[ থোকখিবা ]

সরোজ—মঙগুম হাগুম ঐহাকপু, নুংথিন সিদ করিনো! ?
'সিগী ওইরে পাজিনা তত্তনা হায়রিবা ঐঙোন্দ;
পূকচেল চাউবা রাঙাংদি মাল্লি মপাউ তাবদা
কারাম চাউবা থম্মোইদি লৈতে মাগী রাখন্দা।
কান্নদে খল্লরোই কনামত্তগী, চিত্রকারগী নত্তনা॥
চৎপ্রো নাকেম্থা ঐগী রাখলদগী—চৎপ্রো।
লাক্লো বসন্ত ঐগী থম্মোইন্নুংদ—লাক্লো।
শক্লরো ঈশৈ অপাম নুংশিগী—শক্লরো।
কৌজরি তত্তনা তরাম্না নংবু—কৌজরি।
নুংশিবা! নুংশিবা!! ঐগী নুংশিবা!! চিত্রকার!

— হন্নাওবা-

বীজয় - [ শাওনা চংলকপা ]

মকোন লৈতবা মফমদা পেরে থাবগী মতৌগুম

বীজয়— হাজিনখ্রে নংগী আশাই নুংশি ঈচেল 'হুদি ;
কান্নদ্রবা রাখলগী, লৈঙোই মপৈ-মপৈনা
ঈচেলস্থ লেপখ্রে, আশাস্থ কংখ্রে, পুন্নমক কান্নদ্রে।

সরোজ—থাজদে, হায়জিন্নবনি পুন্নমক নংনা—
হোৎনরম্লোই চিত্রকারনা কৈদৌনুং, হাজিন্নবা
ঐই আশাই নুংশি ঈচেন্দ ; ওইথোক্লোই।

বীজয়—থাজদবা তৌগনু ! কান্নদ্রবনি।
মণ্ডলান্দ তারবনি নংগী রাখল
লৈচিন্দ তেল কাপ্পগুম, অরেম্বদা হোৎনবা মাংহুনা
থম্মোই মন্নবা থৌরাংদি শিঙ্গবনি নংতনা।

সরোজ—কুমগী নোংবু ঙাইজবী, লৈরাং থম্বালগী মফমদা
করম্বা তনথিবা নুংশিৎনা হুমদোক্কুনা নোংগী লৈচিনবু
মনিল-মৈখু ওন্দুনা মাংহনখ্রিবনো হাযবিয়ু ?

বীজয়—উ-রাদ হুৎপা ঙম্বা, উতুবী কৌবী চেক্লানা
উ অকংবা মানবা, চীংজাওগী নূংমু 'মদা
মহুম শাগে থৌরাংবদা মচিন তেকপৈ মতৌগুম ;
নংনা উনি খল্লিবা, উহুদি নূংজাও ওইরম্লে।

সরোজ—মহুনা ঐবু অতোপ্পা লম্লান মীথুৎ 'মদা
শিন্নখিনবগী থৌরাংনি, খংই লোইনা পুন্নমক।

বীজয়—নত্তে, মহু অরানবনি।

সরোজ—করম্না ! ?

বীজয়—অরানবা নত্রবদি করম্না চুম্নীবা ?

সরোজ—হুজিক্ত লাক্লম্মী, ঐঙোন্দ হংলম্মী
'হুগা চৎখ্রে—।
বীজয়—করি হায়খি নহাক্লা ?
সরোজ—'মুম্না হায়খি—'ঐদি অতোপ্পগীনি, চিত্রকারগীনি।'
বীজয়—[ শাওনা ] সরোজ !
সরোজ—থাজদে; করিমত্তা থাজদে, ঐবু মৌনম তৌহনা
ঐগী নু শিবা মাংহন্নবা, শিনবা থৌরাং ঙাক্তনি ;
মীনম য়ারা হায়হুনা, ঐবু লান্না লমজিংবীমু।
বীজয়—নত্তে ! নত্তে সরোজ ! লান্না লমজিংবা নত্তে।
ইপানা শিল্লি' খুদি মক, নংগী য়াইফনবা ঙাক্তনি।
সরোজ—পামজদ্রে ঐদি য়াইফবা !
বীজয়—করি ! পামজদ্রে হায়বা য়াইফবা !
নংনা য়োল্লবনি ঐগী ইজৎ পূম্বা
নংগুম্বা ইচা পোক্লুবৈ, করি কান্নবা ফংলি ?
সরোজ—চিত্রকারবু হুন্দুনা ঙাংলবস্মু, মাংলোই ঐই নু শিবদি।
বীজয়—নংগী নুংশিবগীদমক্ত, ঐগী ইজৎ য়োনবা
নংগুম্বা ইচাদি কান্নদে, শিজখ্রো—
পেল্লনিয়ে হু থক্কুনা শিখ্রফাও, পেল্লনিয়ে।
মপানা হায়বা ইন্দবী, নংবু হিংহুনা কান্নরিব্রা ?
সরোজ—করি ! হু থক্কুনা শিজখ্রো হায়বা।
হু থকপা ! উপাই ! ঐগী উপাই !!
বীজয়—মাল্লি, হু থক্কুনা শিজখিবনা ফরনি।
ঐঙোন্দমু পেল্লনি, পেল্লনি ঐঙোন্দমু শিখিবনা নংদি

সরোজ— শিনি, ঐহাক শোয়দনা শিনি, চিত্রকারগী দমক্ত
মাগী নুংশিবগীদমক্ত নুংশিবা মশক তাকুবগীদমক্ত।

বীজয়—কান্নদে মখোঙ কোন্দুনা, হায়জরুবৈ মাঙোন্দ
'ঝুক কল্লবা থম্মোই নুংগী অহকপা মূর্ত্তিগুম ;
ঐনা নংগীদমক্ত, মীন্নুংসি খংদ্রবা মাঙোন্দ
কয়ারক হায়জবগে হায়বদো, থাজদ্রগা হংলুচো।

সরোজ—থম্বাল লৈকাদ পকপা, অরাবগী ঈরিকপু
কোরৌ মঙান্ন শেংদোকপিবগুম উন্নবা 'য়ুক খুদিংদ
ঐগী অরা ইপাউসে তত্তনা কোকহল্লি মহাক্না।
চিত্রকার! ফুগাইনা শাৎচবী থম্বান্দো নংগীদমক ঐ!
করিগুম্বা মানা রাওইবিদ্রবা, চিংলুবগী কান্নদ্রবনি ঐ!
শিজখ্রনি ইতোমত, খংজহৌসন্ন মতমচুদ
ঐনা মাবু কয়াম্না নুংশিজবা হায়বদো।

[চেনখিবা]

বীজয়—সরোজ! সরোজ!! [কল্লা লাওহনা তাম্নখিবা]।

লাইট ওফ

# মণ্ডাশুবা মতাং

**রমেশকী যুম।** **মুমিদাংরাইরম।**

[ অয়েকপা শক্তম অত্থ লোইশিল্লগা নাকল ওইরপ্পা খিন্দুনা থল্লি। মীরা শাগনা চৎলি, নোংচুপলোমদগী ফিজেৎ শেৎলি রমেশ খবর পাত্থনা লৈরি। ]

মীরা [ঘড়ী য়েংলগা] 'মুক থেংলফাও, চৎসি য়াদ্রিবসিবো
চৎমিন্ননিংদ্রে হায়রিব্রা? 'ত্থ ওইরগা ইতোমত—।

রমেন—য়াদেনে, লৈবাক মীয়াম তিল্লমগদৌরিবনি—
'ত্থবু করম্না, নংগী ফিজেৎ-চাকচাত্থদ চৎমিন্ননি?
চৎমিন্নসি হায়রদি, নক্কি হোংদোকল্লুরোদনা মীতৈগী।

মীরা—মসিনা নঙোন্দ খোৎলব্রা?

রমেন—খুজিন ককথৎলবদি ফরে, খুজিনবু চাউরবদি
শোয়দনা নোংম খোৎলকনি। খোৎলকথিনি।

মীরা—'ত্থ ওইর' চৎমিন্নদ্রেদনা।

রমেন—ফরেনে।

মীরা—ফরিনি, য়াম' ফরিনি।

রমেন—তমজনিঙাই ওইবী নংগুম্বী, লাইরিক-লাইশু হৈরবী
মীতৈ মুপী অমনা চ নবী থাদোক্তুনা করম্না;
মনিং মখা তম্বদি মাল্লি কলচর লৈজদবা।
মত্থনা শন্দোকথ্রবদি মীয়ামদা, মাংথরক্কনি ইশাই কলচর;
রাহোং মতু থেৎচিল্লগা, কাকপু রাহোংনি হায়গদ্রা?

মীরা—তাদৈ শকক কান্নদবা লেকচর মুঙাইথোক্লুসি ক্লবতা
শিগদবা পুন্সিনি, মুঙাইহৌসি হিংলিডৈ

রমেন—কুচু পান্দবা 'তুদ অঙাংবা ফিজেৎ শেত্তুনা
উয়ান্দ পকপা হামুক্কুম, নিংথিরেদঃ ফজবে।
খোঙনেন ঙান্ন খোঙদাদ, খুনিং কাবী ফজবী
নখুনিংনে ইকাই কাই, ইরাও রাও' যেনিংদে
চৎমিন্নবা ইকাই, চৎমিন্নসিগা হো দোকলুবো।

মীরা—ঐদি ঙম্মোই, শুকঙম ঙম্মোই হায়রিসিনি।

রমেন—ক্লবতা চত্তুনা ঐখোয়না, অরেম্বদা শেল মা হল্লগা
য়ুমথংনবদনা; অঙাং চরা হেনবগী খোঙ্গেল;
চাউখৎলেনে, মহুনি ঙসিগী মীতৈ সমাজ।

মীরা—অত্তাইগুম ন'না 'তুক শাওবিবা কবিগানো?

রমেন—ইশানা ইশাগী থবক, ইশাগী ইনাৎ কলচরবু
মাংহন্নবা শন্দোক্লিবা মহিকশিং, হাংহৌগদবনি নৌবিংঙদ,
নত্রবদি, মাংন-তাক্ল ওইরক্কনি, চারোল শুবোল শুথাংয়ে।

মীরা—চারোল শুরোলনা ঐখোয়গী কান্নবা করি হৌবিনি?
কান্নদে, হায়জবিসিনি লেংলসি, লেংলাসনে মুংশিবা।

রমেন—য়াদে হাযরিবসিনি।

মীরা—য়াদ্রবসু ইতোমত চংখিনি।

রমেন—[শাওনা] মীরা! নহাক ঐনা হায়বা ইনগদবনি
মরমদি ঐহাক নহাক্কী নপুরোইবনি।

মীরা—নুপী ওইবী খুদিংন, মপুরোইবদা পূন্নমক কখোকপা
ঙম্বগী অধিকার লৈতে, মরমদি ঐসু মীওইবনি।

রমেন—নংসু মীওইবনি, অতুনদি নংবু ঐনা
শাগী লিচৎ চংহন্নিংদে, হায়তুনা তত্তনা খাম্লীবা।

রমেন - যানব' নিয়মগী মখাদ, লৈরিবনি ঐগী খংলত্রা ?
'ডু নত্রদি ঐস্ত্র থাদোক্কুনা চৎখ্রনি নহান্না ।
চৎলো নফি হো দোক্লুরো, যে লুসি ঐখোবগী
মীহৌরোলগী ওইবা ইনাৎকী মেলা, কাম্নগনি ;
যে লগা মচ ন না পূক্কি লৌশিং হেনগৎকনি ।
মীরা—[ওইননা] তঞ্জত্রে ঐদি, মীনা হাযদি শুকয়া য়াবিদে ।
হরি [চঙ্কপা, মীবাদা মুন্না যেংবা]
রমেন কবি ওইরবনো, ঐক্তা হবি বাব্ ?
হরি [শকফম হঙ্গু া] মকপ বামেশপু লৈত্রা ?
রমেন কদোমদা চখোকখিবনো খজাত্র, চিযারবেমদা—
মীরা ! চৎলোনে, নাফ হো দোক্লুরোনে, থে খ্রনিনে ।
কাঙ্গাই—এ ! কদাইদা ঐক্তাদি ?
হরি—লাকচরিবা থিজবা, মকপ বমেশ ।
কাঙ্গাই—ও ! রমেশ যৌবক্লনি, ঙৈগাক ফম্বীখো ।
হরি— যারনি, ঐ তৌজগে । [ফমথখিবা]
কাঙ্গাই—[মীরাদ যেংলগা] কবিনো ঈবেম্ম নংদি
অফাবা ঈশৈ ওংনি, বগুম হৈনখ্রবা শাজৎ থাদোক্লিংদবা
হাযহ্ নঙোন্দ তৌবমাল্লে, চৎনদ ডাক্ত পুশিল্লক্কুনা ।
রমেন—ঙসাইদৈ য়াদহুনা লৈরিবনি, নোক্লবিরম্মু 'মুক্ত ।
মীরা—মীনা হোংলোই হায়রমক্কদা ।
রমেন—ননা লৈনিকো নংম ! [মনা লৈগে তৌবা]
মীরা—হৌংঙুরগে ! হোংঙুরগে [শুগৎলন্নগা চংখিবা]

কাহ্নাই—য়েংবিয়ু নুঙাইবনি ঐজ্ঞাইবুঙো, ইমুং 'সিগী কুম্মৈসে
ইহে ইকাও কাওই, চিখবা 'মবু লৈরেনে।

হরি—করিনো ? করি চিথন্নে 'হুক ফিংনা।

কাহ্নাই—কৈগু নক্তেদঃ ইবুঙো রমেনগীনি —
নংনা হায়বৈ মতুংইন্না ঙসি লাকনি হায়রকই
থৌরাং ঙন্না লোইহৌসি থেংনা হঞ্জিল্লকনু।
নংগী অহল-সমনগা, য়ানরবনি নবাই রমেশকা।

হরি—নহালদগী 'হুম্মক লৈরিব্রা ইবুঙোবু ?

রমেন—অহোয় লৈজরি, 'হুবু কাবক চৎনবদি
য়ারনি হায়হুনা ঙসিদৈ পুংফম য়েংহুনা যুমজ দৌবি।

কাহ্নাই—হুজিক্লা কদাইদা নখোয়নি ?

রমেন—মেলা য়েংলুগে হায়হুনা।

মীরা—[মীতৈগী ফিজেৎ চাকচা, শম্বুল তৌহুনং থোরকপা'
য়ারব্রা 'মুক্ত মিৎয়েং তাবিয়ু।

রমেন—[মমিৎ খৎলহুনা] হো ! অহুনিদনা, ঐনা পামজবা —
চংলসি লাকও ! থেংগ্রে, মাংদ থারোলাকওদনা।
[তুংদ-মাংথ খুৎশন্নহুনা থোকখিবা]

কাহ্নাই থেংনা হল্লকপদি তৌন্নুকো।
ঐজ্ঞাহরি, হোংলকইনে মীওইবসে
মতম মতমগী মতুংইন্না, ফন নিংথিনা লাকখিয়ে
ইবুঙো রমেন 'সিনা ইবেম্মা মীরা সিবু।
মীতৈ ঐখোয় ইনা· হৌন লোনচৎ পুন্নমক
খংবা হৈবা লোইরবনিনা, ঙসিদগী চৎপ্রনিদো।

হরি-- ৱারী ৱাতাইস্ নুঙাইৱে, ঙৈহাক ফম্লে চৎলগে।

[ চৎখিবা ]

কাহ্নাই [মতোমত] ইংন-চিক্ন পাল্লনি, ঙসিদগী ইমুংসে

মীৱা ৱমেন চৎথ্রদি খৎন চৈন তাররোই।

ৱমেশ—করিনোনে তাকাহ্নাই, নতোমত শংঙাং ঙাংলিদুবো।

কাহ্নাই—ইহে খজিক্তুং শোয়নৈদা, হুজিক্ত থোকখি হরিদো।

ৱমেশ—থেংনৱে লম্বীদ য়ারনি লাক্কনি 'মুক মফমসিদ

থিরুচো হায়না থাখিবনি, ঐগী ইনাও চিত্রকারদো।

কাহ্নাই নংনা হুজিক থিরুবদ, ফংলক্ত্রবা চিত্রকারবু ?

ৱমেশ—ফংদ্রে, কদাইদ চৎথ্রবনো খংদ্রে, কদাইদ থিরুগদবনো ?

মতম চুপ্প মাগীদমক, খনবদা মম্লবনি ঐস্ন।

[ৱমেন, মীৱা, মধু অমস্তুং শখি চংলকপা ]

কাহ্নাই —ও ! করিনোনে, পুল্লপ হৌহ্না লাকলিবসিবো ?

ও ! থেংনৱেদনা, শোয়ননিদ খজিক্তুংদ।

খুদা সোয়দা লেংশিনবিয়ু, ঙৈহাক হকচিক লাংবিখো।

[ফক থাবা, ফিদা থাবা]

চৎলো, চংলো মীৱা চা লোন্নবা থৌৱাং তৌ।

[মীৱা চংখিবা]

ৱমেশ ময়ামস্ন লেংবিরক্লি। [খুৱম্নবা]

মধু হেরা পংৱা ৱাবিৱে—[ফিদাদ ফম্বা]

কাহ্নাই—বত্রিগী ৱাবা লৈরুনি, ইয়ুমদব্ লেংলক্লগা

য়ুম্থুনা ৱাদনা কনানা, করি ৱাফম থোক্কনি।

কৈদৌয়বিরগে ইতৈমা ফম্বীদ্রববু।

শখি যারেনে, ভৌবিরুন্নু হায়রগা। [ফক লৌহুনা ফম্বা]

কাহ্নাই—চৎলোনে নংস্ত্র য়াওক্কচো, চাত্নু খর থুহল্লকউ।

নুমিৎ ময়ুম চংঙ্গ্রিঙৈ, য়ুম য়ৌন থোরাং তৌ।

মধু - কৰিগীনো ইমাক ইবুঙো, থল্লাই মুংঙাইতনা উববো ?

রমেশ—থোয়দোকপা রাবা লৈজদে মাম্ম ইনে ঙসিমক

নহাল পুরম্বা র'খন্দো অনৌবা হোংদোকপা ত্তারেদো।

শখি - ঐখোয়' খল্লু 'রাখন্দি, পুকচেল পিকপা তারেদো।

'মুক য়াইফ ইমু'গী চন্নু নিঙোল অমত্ম

ইমৌ ওইনা ফংজবদি লাইবক ফবনি ঐখোযদি।

রমেশ—থাগৎচরি থৌনা 'ত্নগীদমক য়াইফনবা তাইব গী

'মগী মতেং 'মনা পাং, অশোয় অঙাম তাংহনা

সমাজ 'সিবু ফজবা মশক 'মা থোকহনসি।

অহোংবা চৎনবী ওইরবস্ত্র, কান্নবা ওইরবা সমাজদা :

মত্তুদ ঐখোয়সু অঙম্বা থৌনা ইতেং পিগদবনি।

মধু—অচুম্বনি ইবুঙো! ঐগী ইচা রোমেনগী

রাখল 'সি ঐঙোন্দদি ফন মকান্নৈ খঞ্জেদো।

কাহ্নাই—কান্নৈ কান্নৈ 'সিগুম্বা নিয়ম 'সিনা

য়াননা চৎপা ঙম্মবা, কনাগী ইমু'দস্ত্র লৈরোই :

খৎন চৈন হায়বদো মনেম মমৌ তিন্নবদা।

শখি—ঐখোয়সু শিংবা হেনগংলে ইচানুপানা তম্মীহুনা।

রমেশ—মতম শংজবা কাংবু, লাইরিক-লাইশু হৈবনা

মতম খর মাংনহুনা হৌন লিচৎ তম্মীহুনা

চৎন লোনচৎ খংনরদি করিগী তিন্নবদা কায়ননি ?

রমেশ—মতুনা পুরককনি অচৌবা, লৈবাক্কী শান্তি, ইমুংগীসু।

মীরা—[মকোক খুমতুনা চা পুতুনা থোরকপা, চা অমমম
    য়েল্লম্নগা 'মুক চংখিবা]

কাহ্নাই—অসুম তৌরম্বা নত্তেনে, হুজিক্কি কয়াদ ফরবা
    মীতৈগী ফনেক ফীরোল, শেৎপা ইনবা কুইখিদ্রিবনি
    হুজিক্কী খঙলবনি পূন্নমক, হৌন-লোনচৎ ওন্নমক।

রমেশ—চা ইংথ্রনি, চা পাইবিয়ু।

শখি—হুজিক কালগী লৈশাবী, লাইরিক-লাইশু তম্নীউে;
    য়ুম্বান লোন্দি হৈগৌদ মনেম মকু তিন্নবা—
    তিন্নবা যাদদনা লৈলিসি, খতুনা ঐই ইচানা;
    ইমুদ শান্তি পামজবা থৌরাং কয়া পাইখৎলকপনি।

মধু—চাসিদি [থক্লগা] ওন্থোক্ল খোয়থুম্নবা হাওথ্রেদঃ।

শখি—[হন্নাওনা] লক্ষ্মী চেনবী ইমৌনি।

মধু—ফরে ইমাক ইবুঙো, ঙসিদগী ঐখোয়সু
    ইচাগা-ইমৌগা পুতুনা হঙ্গখিবা তারেনে।

কাহ্নাই—চৎনবীনি, পুবিখো। রাই চিল্লবনি য়াম্নসু।

শখি—রাই চিল্লে খংতুনা লৌজগে লাকচরিবনি।

রমেশ—মীরা।

মীরা—[মনুংদগী] করি হায়গে তাচৌ?

রমেশ—লাকও! লাকও!! থোক্লক্লো নখোয় 'নিমক।
    [মীরা অমসুং রমেন ইকাইনা থোরকপা]
    ঙসিদগীদি চৎথ্রো, চৎনবী হৌনবী তুংইন্না
    খৎন চৈনবা য়াদে ভাব তানা লৈমিন্নৌ।

রমেশ—'তুগা ইবুঙো রমেন য়ুমগী 'শোয়বা 'মওং ;
নংনা চুমথোক্লবা হোৎনবনা, ওইয়ু নংগী নথৌদাং।
মধু—'তুদি ঐখোয় য়ৌজরগে।
শখি—খুরুম্মুনে নবাইদা, মীরা নংম্ব তাচৌদা।
[ মীরা অমম্ভং রমেন্না রমেশতা খুরুম্বা। ]
রমেশ—[খুরুম্বা ওক্কুনা]
য়ারেনে, ফরেনে, থেংজিল্লক্লে মতমসে, যৌনবত্নম তৌবখ্রো
চিত্রকার—[চংলকপা, ইঙক ঙক্লা]
করিনো ময়াম তৌরিবসে ?
রমেশ—নংবু কদাই চৎলুগে, ঙসাইদৈ থিনরিবনি।
নংগা ঐগদ লৈবদা রাখল 'নিসে তিন্নদে।
কাহ্নাই—খুরুম্বগী খুরুম্বা ; নবাই য়াইমদম্বু দণ্ডবোৎ তাও।
[রমেন্না চিত্রকারদা খুরুম্বা।]
চিত্রকার [খুরুম্বা ওক্কুনা] দাদা, মীরাবু হুজিক চৎক্লরব্রা ?
রমেশ—অং ! হুজিকমক চৎলগদবনি, তাকাহ্নাই !
ঐগী আলমিরা মন্নুংদা, মীরা রমেন 'নিগী ;
কোট মেরিএজগী চে, অয়া-চে, দলিল খরম্ভু
য়ারদি 'মুক্ত লৌথোকপিকুচো, পিথোকথ্রসি মখোয়দা।
[ কাহ্নাই ইমুংদ চংখিবা ]
মীরা নংগী অওং-অউন, মপোৎ-মচৈ পুম্নমক
গাড়ী' অশংবা লুমিত্ত, লোয়না পুল্লপ য়ৌহল্লক্কে।
ঙসিগীদি থেংখ্রে, খুদোং কয়া চাররোই।
[ কহ্নাইনা চে পুথোরক্নুনা থোরকপা ]

কাহ্নাই—ইবুঙো রমেন, সে মীরা [চেশিংতু পিবা]
নখোয়গী চেশিংসে লৌশিল্লো ; মাংহনগন্নু।

মধু—'হুদি ইবুঙো ঐখোয়স্থ য়ৌননবা তৌজখ্রে।

রমেশ—য়াম্না ফনি, ঐস্থু অস্বাইফাও থিন্দোকচগে।
চিত্ৰকার ! নহাক চৎখিন্নু, রা ঙাংনসি লৈরম্মু।.

মীরা অমস্থং রমেন—
তাকাহ্নাই 'হুদি যৌজখ্রগে।

মীরা—তায়াই 'হুদি চৎচরগে [খুরম্বা]

চিত্ৰকার—চৎলো চৎলো ইবেম্মা, ননিং থুংজরেদনা।
[মীরা, রমেন, মধু, শখি অমস্থ, রমেশ থোকখিবা]

কাহ্নাই—[য়েংহৌবা] নখোয় 'নি চৎখ্রদি
চিক্লনিয়ে ইমুংসে। চিত্ৰকার ! নহাকপু শাওরিবনি।

চিত্ৰকার—কনানা ?

কাহ্নাই—নংগী দাদা অচৌবনা।

চিত্ৰকার—করিগী ?

কাহ্নাই—খংদে, রায়োং চাদবা নংগী রাখলহুই মরমদা।
নত্তে, নহাক তশেংনা হায়য়ু রাফম 'মা।

চিত্ৰকার—করি রাফম ?

কাহ্নাই—নহাক সরোজবু করিমত্তা মুংশিদ্রা ?

চিত্ৰকার—মুংশি, য়াম্না মুংশি, 'হুগীস্থ মথক্ত
শিরুরগদবা ঐগী পুন্সিবু কল্লকখিবনি মহাক্লা ;
মহুই লমন শিংবদি, ঙম্নরোই হন্দক মপোক্কী।

কাহ্নাই—'ছগা নংন করিগী, নোংমতগ হায়বিদ্রিবা ?
সরোজনা পামজবা রাফমছ, করিগী লোৎলি নংনা
ফুমছনা থল্লী পুরুংদ ফোংদোক্তনা 'সুম্মক।
চিত্রকার—খংদে ঐগী থম্মোইন মাবু নুংশি হায়বসে
'ছমক্তদা করিগী ? মানা ঐবু খংদ্রিবা ?
ফোংদোক্তবা নুংশিবা, ফোংদোক্তবা অরাবা
অরা নুংশি ঈশৈবু তত্তনা শক্লিবা থম্মোইদা
করিগী সরোজনা ঐবু নুংশি খংদবা হায়রিবা ?
কাহ্নাই—ফোংদোক্তবা নুংশিবদি, কোঙ্গেং মন্নুংগী মুক্তাগুম্বনি
কনানবু খংবিনি ? কনানবু উবিনি ?—
চিত্রকার—কান্নদে হুজিক্তী ঐ, থাদোক্লগনি পুন্নমক।
লৈবাক্কী ওইনম্ব মতাওনা, মকবু তত্তনা অনৌবা ;
মতোল চোংখৎহনবগুম, ঐগী হকচাঙ্গ তত্তনা
নুংশিনবৈ ওইনম্ব ঈথিন্না ঙসিম্নু পিরি আশা।
'ছবু মাংখি 'সুম্মক মউ লিংবা ঙমদনা
উচেক রায়ানা চিকথত্তুনা। মছনি, শোয়দ্রবনি
ওইগদবা ঐগী পুন্সিবু, পাম্মুদ্রা খল্লুবদা ! খল্লুনে ?
কাহ্নাই—খল্লু চিত্রকার ! মতম চারিবৈদ কহেল্লাসিনে।
চিত্রকার—খল্লরোই ! ঐ খল্লরোই, চাক্লিবা আশাই মৈরিসে
মুৎপ্রনি তমথিবা নুংশিৎনা, লমথাংদ চাক্লিবৈ।
রারে ! ঐ রারে !! চোকথরে ! ঐ চোকথরে।
হা—হা—হা [অয়েকপা লাইদা চংশিন্দুনা কোল্লগা]
ও ! অয়েকপা লাইসে ঐনা ! করিগীদমক্তনো য়েকখিবা

চিত্রকার—কনাগীদমক্তনো ? 'মাগীদমক' মসিনি ঐগী পুন্সি !
'অয়েকপা লাইসিদ লৈরে ; চৌথ্রবা রারী পূম্নমক
লোয়ননা পুন্সিগী ইতিহাস লাক্কদৌরিবা রারীসু ঐগী।
কান্হাই—চোকথরবদি নশাতু, শঙ্গোম লৌবিরুখিগে ঐহ !
[মতোমত] মসিনি ঐগী পুন্সিগী ইথৌ ! [চংখিবা]
চিত্রকার—[মপূ্ ফারবা অয়েকপা লাইগী শক্তমদা মুন্না য়েংলগা]
মুনা শাংলবা নংগী উচান মনাগী শল্লানা
ওইর্গল্লি ঐচোন্দ ; ওমখে লৈতবা পুন্সিগী খুদোল।
শমজিদা থেৎপী পোমশাংনবী, লৈহাও লৈরেলনা তাক্লি
লোইব নাইদ্রবা নুংশিবা নং-ঐহ থম্মোইগী ॥
অশংবা ফিজোলগী লৈতেনা, নৌহৌননা নিংশিংহল্লি
মতম চুপ্প বসন্তে, খোয়রাংবা থম্মোই কাউওমদবা ;
লোক্লুগী লুরবা ঈচেলগুম, অতংপা লৈত্রবা নংগী
নুংশি ঈশৈগী শুরনা, থম্মোইদা তত্তনা শক্লিবা।
নোকফেৎ তৌবা মাইথোংগী ফোংওমদ' নুংশি মিৎচিগী
ময়া মরিচিকাদো, ঈখোলাংবা ঐতনা, তান্নজে লেপ্তনা।
কায়ন' ঈহৌরক্ল' মিৎস্নাগী পিরাংগী তত্তনা চামথোক্লবা
নুংশি শক্তম্নী ঐনা ওসি ফাওবা কোল্লিবা।
শানৌগী থম্বাল লৈনাগুম, থোৎলবা খুৎশা উবদা
মতম কুইনা কাওথ্রবা নুংশি লৈপূন শেম্বগী
ইকাইবা মতৌদ খুৎশানা, ফোংদোকপদো নিংশিংই।
লৈফুন মরিক পক্লবা খোঙশাবু ঐনা উবদা
চীংয়াগী লৈকোল 'মদা ওাইওমদবা উনবা নুমিৎকী ;

চিত্রকার—নুংসাম্বর ফুইন হোন্দুনা, ইশুংলাংগীদমক চেন্নকপা
নুংশিবগী থৌনাদো, ঙসি ফাওবা কাওঙমদ্রি।
নংগী খোঙশাবু উবদা লৈরমখিনি খনবদৈ
তত্তুনা চৎলি ঐহাক্ন চীংয়াগী লৈকোন্দ ঙসিকাও।
ইকাই নুংশি য়ান্নবা নংগী মাইথোংবু উবদা
কায়রবা ঐই থম্মোইদা খিক্লি খোয়থুন্নবা নপাউনা
নোংজুগী মশক ওইত্নুনা; কংলবা থম্মোই মরুভূমীদৈ
তত্তুনা মৈশা নংলবা পুন্সি পামেল 'সিদা।
'হুবু ঙসিদি নহাক, তামখ্রে ঐই মিৎয়েংদৈ
আশাই রাংমদা লেপ্পুনা কৌরিনি হন্না কয়ারক।
কোন্দুনা লৈরনি ঐদি, অয়েকপা নংগী শক্তমসে।
[অয়েকপা শক্তম 'হুদ কোন্দুনা লৈবা]

কাহ্নাই—[শঙ্গোম পুহুনা থোরকপা]
চিত্রকার! চিত্রকার!! চোকথরন্নগনি নশাদো
শঙ্গোম 'সি থকলখো, লুম্বু লুম্বু শারিঙৈ।

চিত্রকার—থক্লরোই! ঐ থক্লরোই।

কাহ্নাই—করিগীনো?

চিত্রকার—পূক্লি 'সি ঐহাক্কী, ইনুং নুঙাইতে ঙসিদি
ওইগী পাম্বোম চোংলিসিনা, করি খুদম পিরিবা?
শেংফাওবা সরোজগী শক্তম, ওইররোই নিংলম্বু ওইরমদ
মশম মনা হফা-ফা, পিরাংতনা পূম্নুপ-লুপ
মহুগী মকপ থোক্লকপদৈ, রাখি অশোনবা পূক্লিংনা।
কনাগীদমক। করিগীদমক। করি খুদম্নো ফাওরিবা?

**কাহ্নাই**—খন্নুরন্ন করিমত্তা, মকু মঙ হায়তুনি
নংগী দাদানা ঙাংবদৈ, তত্তনা নংন খনবনা
নমঙদা মশেম মরাং উবা ওইরিনি ৱারুন্নু।
সে, শঙ্গোমসি থকউ, হকচাং ফন থম্নবা।

**চিত্রকার**—করি থোক্লগবা ঐ, পুন্সিদা 'ম্নক্ত তৌখ্রিদিবা
খুদম চাং ঙাক্তনা তত্তনা ঐবু খলহল্লিবা।
খল্লরোই, অৱাবা ৱাখলশিংসে, কদাই শঙ্গোমদি?
[ শঙ্গোম লৌরগা থকই। ]

**হরি**—[চংলকপা] কনা কনা লৈবগে?

**কাহ্নাই**—ঐজ্ঞা ঐ লৈজে!

**হরি**—ও! চিত্রকারস্ন য়োরক্লম্লেদনা।

**চিত্রকার**—অহোয় য়োজরক্লে, করি তাকপিগদবা;
ঐবু য়াম্না পাম্না খোরাংনা উবগী অর্থ?

**হরি**—নং দাদানা নংগীদমক ৱারিবসে করিমত্তা খংদেনে।

**চিত্রকার**—করি 'মুক তৌরবা?

**হরি**—মতম চুপ্প খল্লিবী, নংগীদমক সরোজনা
অরোনবদৈ ফোংলকপা ম্নুংশি ৱাহৈ কয়ানা
তত্তনা নংগী নকাদা, পাউদমলিবসে থম্মোইনা;
নারক্কী শিঙেল কেতুকীগুম, অরেম্বদা খংদনা মাংহল্লি।

**চিত্রকার**—ফোংদোক্তবা ম্নুংশিবা, ফোংদোক্তবা অৱাবা
খাংঙমদনা, খংবিদনা, উবিদনা, কোঙ্গোল তাক্তম-মাংজখিবা
মচুইদমক মানা করিগী, ফোংদোক্তুনা অৱাবা শারিবা?

**চিত্রকার**—মত্থু চুমদে, নুংশিবা থম্মোইতগীনি ;
নত্তে মপাম্ভোংগী, হকচাংগী ফজবা অপাম্বা।

**হরি**—চুম্মীনে 'ত্থুবুদি, 'ত্থুবু ত্থজিক কমদৌনি ?
মাদি 'নিমক্লা পূল্লবা, নুংশিবনা ঙাওরবীনি ।
মত্থুননি মানা নংতবু ঈখৌ লাংনা ঙাইজরিবা।

**কাহ্নাই**—চিত্রকার ! ত্থজিক্তা নহাক মীনুংশি খ—বা তারবনি।

**চিত্রকার**—ঈখৌ লাংবা হায়বসিদি, ফংলিমখৈ ঈখৌলা বা
কোকপা লৈরোই কৈদৌনুংদ : পেনবা নাইদ মীওইবা।
ঈখৌ লাংন মপুন্সি লোম্বা ঙাক্তনি মীওইবা।

**হরি**—মপাগী থাজবা য়োহ্লিংদৈ নাম্ভোক্লক্লবী সরোজনা
নংগী ননাক তান্না লাকহৌবিবনি ত্থজিকমক।

**চিত্রকার**—লাকচসনু মহাক, মনিং তম্বা পামজবানি।

**হরি**—চিত্রকার ! সরোজবু নুংশিবীয়ু
রাথোক 'মা ওইনরবনি, সরোজনা নংবু নুংশিবদৈ :

**কাহ্নাই**—অচুম্বনিনে চিত্রকার ! নংগীদমক 'ত্থক রাঞ্জরবী ;
সরোজবু নংনা করিমত্তা নুংশিবিদ্রব্রা চিত্রকার।

**চিত্রকার**—নুংশি ; [নোক্লত্থনা মতোমত] নোংমা গানা হায়খিবা লৈ-
নুংশিবগীদমক, নংগীদমক, শিবা ঙম্বগী ইথৌনা
ঐঙোন্দসু লৈ থাজদ্রা ?—থাজরসিরা ঐবু !!
মহাক ঐইদমক শিরগদ্রা ? নত্রগা ঐ ! ঐ !! ঐবু !!

**হরি**—সরোজনা নুংশিবা হেঞ্জিনখিবদি হান্নদগী 'মুক্তা
মধুগী মচা নিমাইগা লুহোংনবা মপানা শিনবদা
পান্নমেল নাক্ত মদোম, হৌজরম্বা উন্নিরৈনা ;

হরি—শক্তিক ফানবা ঊবদা, তাংজবী উরিন য়েৎহৌদ
লমখাংদ মাংনি খনবদ পামেল নাক্ত য়েৎচগে,
হায়বৈ থৌরাং উবমক্তদা, পামেল উরানা খন্দোক্নুনা
উরিরৈবু নিংব কায়হনবৈ মতম নত্রবনি চিত্রকার !
ঐ চৎলে, নংগী দদা থিকহিগে। [থোকখিবা]

কাহ্নাই—অচুম্বনি চিত্রকার ! ঐঙ্গা হরিনা হায়রম্বত্ত
মুন্না খল্লু, নংস্তু লাইরিক হৈরবনি ;
মীন্নুংশি খংউ ! উরিরৈগী জাৎসিবু ।

চিত্রকার—মনিং তম্না য়েৎচবী, উরিরৈনা পিক্লিঙৈদৈ
পামেল নাক্ত য়েৎলগা, লেপকং থাদি লাক্তুনা
পামেল মানা কংথ্রগা উরি মাদি চৎখিনি ;
অনৌবা পামেল থিজুনা, মহুনি উরিরৈগী পুন্সি ।

কাহ্নাই—খংদ্রেনে নংগা ঙাংনবসে হৈবা হেনবনিনা নংনা
ঐতনা মাইথিবা ফংলিবনি, ঙসি ফাওব 'সিদ ।
হুমিদাং চরা ওইনবা হেঞ্জাং নাপী লৈরুখিগে ।

থোকখিবা-

সরোজ—[ফিংনা, কিনা চেনশিল্লকপা]

চিত্রকার—কনানো ! ও ! নহাক ! সরোজ !!

সরোজ—মান্নি ! চিত্রকার ঐনি ! সরোজনি !!

চিত্রকার—হায়য়ু করিগীনো নহাক, 'তুক ফিংনা কিনা ।

সরোজ—[তুংহন্নবা য়েংলগা]
ঙসিদি ঐহাক লাক্লবনি, নংগী নাক্ত
'মুক হন্না চৎলরোই, ঐগী মুমদ ।

চিত্রকার—[নোক্লহুনা] মরমদি—?

সয়োজ—মরমদি ঐহাক, নংগী ওইবা ফংলরোই
মীগী ওইখ্রনি. করিগীনো নহাক্না নোক্লিবা ?
ঐনা নংবু নুংশিবসে মাংহন্নিংদে চিত্রকার।

চিত্রকার—মাংবা লৈবোই নুংশিবদি নংসে মীগী ওইখ্রবসু।

সরোজ—নিংশিংউ, পিশক পিক্লিডৈ, অঙাং নৱা ওইরিঙৈ
নংগা ঐগা চাকথোংবী শান্নবদা মীচং ওইমিন্নরকপা
মত্তুদৈ হৌনা ঐহাক্না নিংজরক্লিবনি ঙসিফাও।

চিত্রকার থাজরুনু. অঙাং ওইরিঙৈ রাখলদি মঙলান্নি।

সরোজ—নত্তে, মঙলান নত্তে, লাইফদিবী লুহোংবা শান্নবদা
লাইফদিবীগী মমা-মপা, শাহুনা 'খোয়না থিনবিখিবনি,
মপুরোইবে মনাক্তনি হায়না, নিংশিংউ! হৌখ্র' পুন্সিদে।

চিত্রকার—[নিংঙমদনা] নিংশিংলবোই! নিংশিংলরোই!!

সরোজ—তত্তনা নিংজবদৈ ঐনা লৈঙোই লৈপূং কযাদ
নং-ঐগী মীংসে তত্তনা ইহুনা শান্নখি।
'হুবু, হেক্ত মুথংখি নংতগী পূক্লিং থংলুদবনা
কয়াদ নংবু ঐনা নিংজবনো চিত্রকার।

চিত্রকার—ঙসিফাও নংগী নুংশিবদো. মাংদ্রি 'সি নত্রা'
মহুনি ঐগীসু, নুংশিবদি খক মাংবা লৈরোই।

সয়োজ—অনৈবা ঈশিংন লেংদ্রগা, ফমথরকই অনৈবনা মখাদ
লেংলিমখৈ ঈশিংদো, নৈহুনা লৈনি 'সুম্মক—
মহুগী মতমদো ঐনা ঙাইবা ঙম্লরোই চিত্রকার—।

সরোজ—লোক্লুংগী ঈশিংনা লুনা অনৈবা মচল য়াওদ্রিবৈঙেগুম ;
অশেংবা নুংশিবত্নি ঐনা, তত্তনা উৎনিংলিবা নঙোন্দ।
চিত্রকার—হায়বদি—?
সরোজ—নম হাত্নুনা অপোকপনা, লুগোংনবা থৌরাং তৌহুনা
লম্লান মীখুং অমদা, করম তৌনা ঐহাক্কী ;
য়ানিংদবা থম্মোই 'সিনা ? খোঙ্গুল মেলৈগুম নুংশিবা
ঐগী থম্মোই সিনা নংগী নুংশি উকাদ ;
থাদ্রহুনা ঐহাকপু, লাইজ ঈশিংদ থারবদি
কয়াম কুইনা হিংহুনা লৈশাৎ তম্বা ঙমগনি ?
ওইথোক্তবনি, চিত্রকার ! থাজোনে ঐগী নুংশিবসে, থাজোনে ।
চিত্রকার—করিগুম্বা ঐনা থাজদ্রবদি ?
বীজয়—[মন্নুংদগী] সরোজ ! সরোজ !! নংবু কদাইদনো ?
সরোজ—লাক্লে মহাক লাক্লে, থিরক্লিবনি ঐবু
হায়য়ু ; 'সিগুম্বা মিৎকুপ 'সিদা
নংনা 'মুক্ত ঐবু নুংশি হায়হুনা ;
থাজহল্লু, ননাক্ত থম্লগনি হায়হুনা ।
চিত্রকার—[মগোমত] রাধানা ঐবু ব্লারৌখিরোইদ্রা ?
[ হান্নগী ঈশৈ মতেক 'মা ]
নত্তে, নত্তে ! করিনো !! করিনো ! ঐ ! ঐবু !!
নংগীদমক খল্লিবা, ফোংদোক্তবা কয়াসে
খংউ নংগী থম্মোইদ, মহুনি ঐগী নুংশিবা ।
সরোজ—চিত্রকার, নংনা ঐঙোন্দবুদি হায়রি
'হুগা, অশিংবস্থ শাহুনা, নোক্লরিয়ে মীবুদি

**সরোজ**—নুংশিবদি থম্মোইতগীনি, নত্তে মপাঙ্গোংগী
'হুবু নংনদি রাধাবু ফংহৌদবৈ নিংঙমদবনা
লাংতক্লরি ঙসিফাও অঙাওবগুম নুংশিবদা।

**চিত্রকার**—সরোজ।

**সরোজ**—কংশিল্লক্লিবনি নংগী নুংশিবদি—
ঐগীদি হুজিক্ত নৌনা, অনৌবা নুংশি য়েন্নিং
হুল্লক্লিবনি মীওইবৈদমক, মীওইবৈদমক নুংশিবা।

**চিত্রকার** করি তোংজবা লৈবগে ? নংনা নত্ত পল্লগা।

**সরোজ**—'মথক্ত নুংশিবা ! রাধা !! ঐহ রাধা !!
করিগুম্বা নংনা রাধাগা নুংশি লৈপ্নন শেন্নম্ন'দি
নংগী নুংশিবদে মা খিনি কেংঙোন তাকপগুম তাইবংদৈ।

**চিত্রকার**—সরোজ !

**সরোজ**—'হুবু ঐগী লেংদ্রবা থম্মোইতগী নুংশিবদো
থিবা চৎলনি ঐদি, সংসার 'সি থাদোক্তুনা
নুংশিবা করিনো ? করিনো নুংশিবা ? নুংশিবা !
অতোপ্প সংসারদ ; সমাজ 'সিগ। ৱাংনদা
নংগুম কিবা পাংদবা, নত্তে ঐগ নুংশিবদা
নংগুম পূকচেল পিকপদি য়েংখিনি তাইবংদ লৈরিব্রা ?
নুংশিবা ! নুংশিবা !! লৈত্রে খংলমক্তদা।
মরোল লোন্দবা চেক্লাই, মপাউবু করম খংগনি ?

**চিত্রকার**—লৈনম তার' মক্তদা লৈশক খংদ্রিবা করিগীনো ?
চৎখ্রো নহাক, হায়বা ইল্লু নপানা
ননিং তম্বা নুংশিবা, সমাজগীদি নত্তেনে :

চিত্রকার—মতুদি থাপ্ন লৈখ্রবা স্বর্গ অৈম রাফম্নি।
কংবা নাইদ্রবা সমুদ্রগী ঈশিংগুম্না অশেংবা,
নুংশিবদি তাইবং পানগী ; মরকসিদ থিবা ফংলরোই !
ফংলরোই মফম সিদ অতোপ্প সংসারদ নত্রবদি।
সরোজ—মফম 'সিদ নত্তবা অতোপ্পা সংসার 'মদা—
নত্তে, মতু নত্তে, ঐহাক মতু ঙম্লোই।
চিত্রকার—হায়বা ইনবা মপাগী, হায়বসে নুপী ওইবীগীদি
ফজবা ফিজেৎ লৈতেংনি, সমাজনা য়েংবদা মতুনা।
বীজয়—[মনুংদগী 'মুক হন্না কৌরকপা]
সরোজ ! সরোজ !! নহাকপু কদাইদা চৎখ্রবগে ?
সবোজ—হায়য়ু নহাক, ঐগী নুংশিবসে মাংহল্লগদ্রা ?
চিত্রকার—নুংশিববু কনানা, মাংহনবা ঙম্বা য়াওখ্রবগে ?
বীজয়—[ শাওনা চংলকপা] সরোজ ! নহাক মফম সিদা—
কান্নদে নুপীমচা, চৎলসি য়ুমদা লাকও।
সমাজগী চৎনবী করম্না নংনা থাদোকপা ঙম্ব্রা ?
[মখুদাং পায়তুনা চিংবা]
সরোজ—[খাংলতুনা] থাদোকউ ! ঐবু থাদোকউ, চিংগনু।
ঐগী নুংশিবা খুদিংমক কৎখ্রবনি চিত্রকারগীদমক্ত
চিত্রকার ! হায়য়ু চিত্রকার !! নংনা 'মুক্ত হায়য়ু।
বীজয়—মীনুংশি খংদ্রবা চিত্রকারগী, নুংগুম্নবা মূর্তিদা
করম্না থোৎলবী লৈনাগুম্বী সরোজগী পুন্সিনা শিংনগনি ?
ওইথোক্তবনি ! কান্নদবনি !! পূম্নমক অরেম্বনি।
সরোজ—চিত্রকার ! চিত্রকার !!—

চিত্রকার—সরোজ ! ননিং তম্বা নুংশিবনা নাকোইনরম্লগ সমাজব্
থাদোকপা ভম্বা নুংশিবা থম্মোই নুংদ পোক্লবস্থ
চৎন য়োহ্লিং থাংবদৈ, নুংশি তোরৈ লানঙমদবী
সংসার সিবু থাদোক্নুনা করম্না ঐবু নুংশিবা ! ?

সরোজ—হায়য়ু ! নহাক ঐবু নুংশিবিররোইদ্রা ?
অর্‌া-কায়ন ঈপাক্ত 'মুক হন্না লংথবিখিগদ্রা ?

চিত্রকার—নত্তে, নত্তে সরোজ ! মতু নত্তে ।

বীজয়—কান্নদে রায়াম ঙাংতুনা, ঐনা কয়ারক হায়থ্রতুনি
মীগী থম্মোই খংদনা নংঙনা নুংশিজকবনা—
তিন্থ্রোক মমৈ ককপগুম, নুংশিবা থিবদা মল্লবা
নংগী থম্মোই ওইরবনি, চৎলসি ইপাগী নাক্ত ।

সরোজ—হায়য়ু চিত্রকার মুক্ত ?

চিত্রকার—হায়থ্রবতুনি নঙোন্দ হান্নন ।

সরোজ—মতু নত্তে ঐনা পাম্লিবদি— ।

চিত্রকার—'তুদি করিনো ?

সরোজ—নংগী শেংলবা থম্মোইন্তুংগী নুংশিবা ! নুংশিবা !!

চিত্রকার—নঙোন্দ ঐগী নুংশিবা লৈরি মতিক চানা
খক হন্দে, 'তব্ মতুনা থম্মোইগী ওইথ্রবদা ;
নংগুম্বী নুপীমচা 'মবু থল্লুগনি করম্না
ঐগী নাকসিদ মতমচুপ্প, পুন্সি 'সিমগী ওইনা ।

বীজয়—নুংশিব নত্তে মতু,
চৎনবী নত্তে মতু, কান্নদবা রাফম্নি ।

চিত্রকার—নুংশিবদা কান্নবা থিবা, ওইজ' তানবা
মীশক্তুদি নত্তে খংউ ! নুংশিবা ! অশেংবা নুংশিবা !!
ফোংদোক্লবসু চেৎনা থম্ব য়াই। য়াইনে চেৎনা থম্বা।
চীনবান্দ ফোংদোকপা ঙাক্তনা, নত্তে নুংশিবা, খংলব্রা ?

বীজয়—'তুদি সরোজ—
নংগী নুংশিবত্তগী তুংনফম নত্রে মফম 'সিদ।

সরোজ—'তুদি কদাইদা ? হায়য়ু চিত্রকাব, 'তু ওইরবদি—
নংনা ঐগী পুন্সিগী মরুপ ওইবা ঙম্লোইদ্রা ?

চিত্রকার—ঙম্লোই, মতুদি ঐহাক ঙম্লোই,
লৈরাগী লৈশক উবগা, খংদে মীওইবনা লৈনম
লৈনম তারগসু মীওইবনা, খংদে লৈরাং লৈশক;
লৈনমগা লৈশক্কা পুন্না, থরাইগা হকচাংগা পুন্না—
খংগনবা মীওই লৈগন্দে লৈরবসু অতাংবনি তাইবংদ।

সরোজ—চিত্রকার !

চিত্রকার—হায়য়ু সরোজ ! ফজবা লৈরাংগীরা নত্রগা লৈনমগীরা ?
মীওইবনা পান্নবিবা ? মীওইবব নুংশিবা, নত্রগা—
পান্নীবত্তুরা 'নিমক নংনা, 'তুবু খংউ !
ফজবা লৈরাংদি খুইথখিনি, লৈনমদি মাংদবনি—
তিনখিবনি, মালংদ, ঈশিংদ, অনৌবা লৈরাং কয়াইদমক
মতুনি ঐগী নুংশিবদি, মতুনি ঐগী নুংশিবা !!

সরোজ—'তু ওইরদি ঐহাক্কী হকচাং 'সে অতোপ্পগী
ওইহন্দুনা কান্নদ্রে, খুইথপ্রসনু লৈরাংগুম পতুনা
লৈহৌরসনু ঐগী নুংশিবা, লৈনমগুম মতম চুপ্পদা

সরোজ 'তুবু য়েংউ চিত্রকার! নুংশিবগীদমক্ত ঐনা
কদাই ফাওবা ড়ম্ব', খংলগনি হুজিক্তী —।
[তুমিন্না হু থকখিবা]

চিত্রকার—সরোজ! সরোজ !! [কন্না লাওবা]
নদি সংসারগী ঈরাংমদ চৎখ্রগে খনখ্রবোই?
[হোৎচিন্দুনা সরোজগী লেকথরকপা হকচাংবু কোনবা]

বীজয়—কন্নি হায়বা সরোজবু, [মমিত্ত' ঈরা চেল্লহুনা]
ঐই 'মত্ত ভাইজরবী সরোজ! মপাগী আশা;
কনাগী আশানা হিংহুনা লৈকুখিনি ঐহাক্তী।
চিত্রকারগী নুংশুম কল্লবা, নুংশি খদ্রবা থম্মোইতবু
শিংনগে হায়বদৈ ঈপানা, লন্নান মাতোপ 'মদা
খুৎশিন্নগে থৌবাংড্রবা: ঐনা লাল্লবা, লাল্লবকো!
ঐনা লাল্লবা, লাল্লবনি ঐনা সরোজ! [কপ্পহুনা]
অশেংবা নুংশিবা ফংনবদা; ঈপানা খজিক থিখিবনা
ঈথিন পিহুনা ঈরাইকবা, ঈচেল তোখই তাখ্রবোই।

সরোজ—[খোঞ্জেল নিরু-নিরু, তপ্না]
চিত্রকার! তামখ্রনি ঐগী মাইথোংদি, নংগী মিৎয়েংদৈ
'তুবু ঐগী নুংশিবদি, নুমিৎকী মঙাল তাংজবী
থাগী মমিগুম মতমচপ্প; মঙাল 'নিসি থানগুমসি।
নংগী নাক্ত লৈহৌসল্ল, ঐগী নুংশিবা মতমচুপ্পা॥
নুংশি ঈশৈ শকুনা স্বর্গগী থোঙ্গান্দা ভাইরমগে
মপোক লাংওন অমৈদমক, ঐ চৎলে, হাল্লয়গেকো।
রারোন্নুকো ঐবু রারোন্নুকো, ঐ চৎলবনি চিত্রকার।
[মখুত্তগী চিঠী থাদরকপা]

চিত্রকার—সরোজ! [কোনশিনবা]

'সিনা কনাই চিঠী! ঐগী! ঐগী চিঠী।

[চিঠী লৌখৎপা]

বীজয়—'মত্তা ঙাইজরবী ঐগী সরোজ চৎখ্রবা— চৎখ্রবকো।

[মচাবু কোন্দুনা কপ্প]

চিত্রকার—সরোজ! নংগী কায়ন ঈশৈগী স্বরদা

শকপা নুংশি ঈশৈদি, তাইবং পানগী থোঙ্গন্দে,

স্বর্গগী থোঙ্গাল তম্না অতংপা লৈতনা শক্লিবা;

নংগী নুংশি ঈশৈবু, তারগা তাইবং মীওইবনা—

কান্নদবা হকচাংগী ঈখোলাংবা থাদোকুনা অশেংবা নুংশিবা

থিবা কাংবুনা শোয়দনা নংগী মূর্ত্তিদা হুক্লনি,

চাইখৎলনি খুজোক খুজোক, লৈরাং পরেং পরেং

মহুনি ঐনা পামজবা, নুংশিবা হায়বদো নহাক্কী।

বীজয়—নুংশিজবা ইচাগী থম্মোইগী, লমজিং লান্না পুরুবা

মপা ওইবা ঐহাক্কী মরাল অসে সরোজ!

নংনা লাইরৈবাক্তে উরবস্নু, রারৌন্নুকো ইপাবু!

[ইঙক-ঙক্লা, ইফিং-ফিংনা কাহ্নাই অমসুং রমেশ চংলকপা]

কাহ্নাই—খজিক্তুং হান্না মাংজৌননা লাক্লম্লবদি —।

রমেশ - চুম্মী সরোজগী পুন্সিসে, শেমজরমগদবনি নুংশি লৈপুন।

বীজয়—ইবুঙো রমেন! ইচাগী নুংশিবা মাইথোংসে উররোইদকো।

রমেশ—অপাম' হকচাংগী ইখোলাংবগা,

অশেংবা নুংশিবা থম্মোইগীগা, শিংনফম ওইবনা সরোজগী

হকচাংনা সংসার থাদোকপনি, অশেংবা নুংশিবা হায়'হুগী।

রমেশ—মনিং তম্বা পামজবা, নুংশিবত্থু ঙসি ফংগ্রবনি।
যোঙ্খিলং পোলাংন চৎনবীগী, পুনবা ঙমদে নুংশিবদা।
মত্থুনি সরোজনা উৎনিংলিবা, তাইবং মীওই ঐখোয়দা
অত্থুগা চিত্রকার, নংনা পাম্লীবা নুংশিবদো—
রাধাগী মক্ষমদৈ কান্নদবনি, সরোজনা উৎলম্লিবসি' অচুম্বনি

চিত্রকার—সরোজ! নংনা ঐবু থংহল্লে, অশেংবা নুংশিবা
কান্নদ্রবা হকচাংগী ঈখৌলাংবা, নত্তে নুংশিবা।
থম্মোইগীনি সরোজ! ঐ! ঐ!! নংগী, নংগী নুংশিবা
ও! চিঠী! নংগী চিঠী! ঐগী চিঠী!!

[চিঠী ফাক্তোক্তুনা তুমিন্না পারম্লগা অশিবা মশা কোল্লগা তুথখিবা

রমেশ—চিত্রকার!!
বীজয় সরোজ!!

( য়ুখল থাদবা )

লোইরবা।




